# মরাপ্পু ওকচবা

এন, তোম্বী রাজ
কনভেনর, ষ্টীয়ারিং কমিটি, য়ুসকোব

ইকাই খুম্নজরবা চীফ গেষ্ট, প্রেসিদেন্ট, লেণবীরক্লীবা খণ্ড হৈরবা অহল-লম্মনশিং, ইচিন-ইনাও অমদি ইচন ইচেশিং পুম্নমক। ইহাক হাকবদা মনিপুরদগী মীরৈবাক মচা চৎহনখিনবা তৌজরিবা সেমিনার অসিদা শরুক য়াবিগনি হায়না লেণবিরক্লীবা পুম্নমকপু সেমিনার অসি শিজরীবা য়ুথ কণ্ড ষ্টুদেন্টস কো-ওর্ডিনেটিং বোডি, মনিপুরগী মায়কৈদগী হরাও তম্বা ওকচরি।

শীজরীবা সেমিনার অসি কন্নিদমক তৌরিবনো হায়বহু মরাপ্পা হেন্না খণ্ডবীরম্নগনি হায়বসি চেংনা খাজে। অহুম ওইনমক মসিগী পান্দম অমদি পন্থ্‌ং অদুদি শীজরিবা য়ুসকোবকী মাইকৈদগী মরাপদা খণ্ডহনকম থোকই হায়না লৌজে। মতাং অসিদা বাহৈ খরদং থমজনিংই। মনিপুরদা মীরৈবাক মচাগী বাকম অসি অচৌবা বা-থোক অমা ওইরবনি। বাথোক অসিদা মীওই অমদি ওর্গেনাইজেশন কয়াগী মত লনাইগী ওইবা মওংদা পীনরি। খুদম ওইনা বাথোক অসিগা মরি লৈনবা লাইব্রিক অমদি ডোকুমেন্ট কয়া থেংনরুবা অম-দি নৈনরুবা মীওইশিংনা অকরুবা মত বাথোক মতাংদা প্রোব্লেম অমদি সোলুসন ওইনা পুথোক্লরক্লি। লনাইগী ওইবা মত কয়াহু চুমশিন মচুনা অক-ফবা নৈনরগা অপুনবা মরাপ্পা য়ানরবা, মতম পুম্নমকী ওইবা য়াবা প্রোব্লেম অমদি সোলুসন্দা পুথোক্লরক্লি, হায়বসি য়ুস-কোবনা খাজে। মীয়ামগী ওইবা অপুনবা য়ানরবা বাকম অমা পুথোকপা ওম্নমবা সেমিনার অসি শিজবনি। সেমিনার অসি ষ্ট্রেটকী ওইবা থাজা শিজবনি।

শীঙরীবশিংগী মায়কৈদগী ময়ামদা মে মুক্রা হায়জহৌগদবা অমনা মীফম অসিগী থম্না নৈনবীবা মতমদা লেঙবীবুক্কীবশিংনা বাথোক অসিগী মতাংদা পীবিগদবা সজেসন থুদিংমক ইণ্ডিয়ান কন্স-টিট্যুসনগী মথুংদা পীবিবা পামজৈ। য়ুসকোবনা থাজৈ মথুদি মনি-পুরদগী ফোরেনর ( মীতোপ ) চৎহনখিবা হায়বসি লৈপাক অসিগী কন্সটিট্যুসননা য়াজহুনা লৈয়রা বাকমনি। করিগুম্বা অশেংবা ফোরেনর (মীতোপ) লৈপাক অসিগী মকম অমদা লৈয়রবদি আইনগী মতুং ইন্না ফোরেনর ( মীতোপ ) অহু লৈফম থোকপরা নত্রগা থোক্কবরা হায়বহু ইণ্ডিয়ান কন্সটিট্যুসনদা ইহুনা লৈজরবা রাকমনি হায়না লৌজৈ। অসিমহু ময়ামদা ফোংনা থমজহৌদবা য়াদবা বাকম অমনি হায়নালৌজৈ মথুদি মীফম অসিগী থম্ন নৈনবা থুদিংমক্তা য়ম্না একাডেমিক ওইনা চথবিবা অহুগা ফ্রিদম ওফ ইন্টেলেকচুয়েল ফজনা শিজিন্নবীবদা শীঙরিবা য়ুসকোবকী মায় পাক্লবনি হায়না লৌজগনি।

লেঙবীরক্লিবা ময়াম অসিগী মথুংদা কাঙলুপ থুদিংমকী মীওই উবা কংজবরা অমুক্তা হেন্না সেমিনার অসি শীঙরিবা য়ুসকোবকী মায়কৈদগী শুঙাইবা ফোঙদোকচনিংই। তিনবিরিবা ময়ামগী মথুংদা লৈপাক অসিগী য়াম্না থঙ হৈরবা স্কোলারশিং, ওজাশিং, পোলি-টীকেল লিদরশিং অমদি বার্কশিং. মরু ওইনা ছাত্র নহারোলশিং অমগুং থম্নগদবা বাকম অসিদা ইন্টারেস্ট লৈবীবা মীয়াম অমগুং ইচল ইচেশিং উজবা কংজৈ। অসিগুম্বা মীফম অসিদা গান্ধী মেমোরি-য়েল হোল পিক থম্না উজবা অসিনা শীঙরিবা য়ুসকোবতা অনোবা আশা অমা পীবিরে। শোইদনমক্কী মীয়ৈবাক মচাগী বাথোক অসি-গী সোলুসন অমা সেমিনার অসিনা পীবা ওম্নগনি।

ময়ামদা য়ুসকোব (য়ুথ এণ্ড ষ্টুডেন্টস কো-ওর্দিনেটিং বোডি, মনিপুর) অসি শকতাকচবগী থুদোং চাবা অমা মরাম্থু হরাওনা ওকচবা অসিদা লৌজনিংই। য়ুসকোব ওর্গেনাইজেসন অসি মনি-

পুরদা লৈবা ছাত্র অমদি নহারোল সংস্থান ত্তরামাথোইনা পুল্লগা শেমজবনি। মসিদা (১) য়ুথ ফ্রন্ট, এম, পি, পি (২) য়ুথ ফ্রন্ট ইরৈবাক লৈশেম পার্টি; (৩) ওল ইণ্ডিয়া য়ুথ ফেদরেসন; (৪) ওল মনিপুর ডেমোক্রেটিক য়ুথ লিগ (৫) য়ুথ কংগ্রেস (ইউ); (৬) য়ুথ কংগ্রেস (আই) (৭) ষ্টুডেন্টস পব্লিক রিলেসন কমিটি; (৮) নেসনেল ষ্টুডেন্টস ইয়ুনিয়ন ওফ ইণ্ডিয়া (মনিপুর) (ইউ) (৯) নেসনেল ষ্টুডেন্টস ইয়ুনিয়ন ওফ ইণ্ডিয়া (মনিপুর) (আই); (১০) ষ্টুডেন্টস ফেদরেসন ওফ ইণ্ডিয়া অমসুং (১১) ওল ইণ্ডিয়া ষ্টুডেন্টস ফেদরেসন, ময়াম অসিনা শেমখিবনি। ছাত্র অমদি নহারোলগী ওর্গেনাইজেসন ময়াম পুম্না চংশিল্লবদি ষ্টেট অসিগী মীয়াম্না খেংনবীবা অরাবা কয়া লায়না কোকহনবা ত্তয়গনি হায়বা অচেৎপা থাজবা অমগা লোইননা শেমজখিবা ওর্গেনাইজেসননি। ময়ামগী মতেং ওর্গেনাইজেসন অসিনা ফংজবদা লেঙবিরক্লীবা ময়ামগী শিংথমল্লবা লম্মন ওর্গেনাইজেসন অসিনা তোনশিনহৌরবনি হায়না হায়জনিংই।

অরোইবা ওইনা লেঙবীরক্লিবা ময়াম পুম্নমকপু য়ুসকোবনা হরাওনা ওকচরি। য়ুসকোব কুইনা মীয়ামগী থবক তৌজবা ত্তস্বা ওইসনু।

---

পাবিয়ু ! লৈনবিয়ু !

মনিপুর লিটরেসী কাউন্সীলগী চেকোং

লমজিং মৈরা

এডল্ট এজুকেসন ১দি শিন্দবগী রাকমদা মনিপুরগী অমতা তাইরব চেকোং।

# মীরৈবাক মচাগী বাকম,

# মীফম হৌদোকপা

সোচিনকুমার
কনভেনর, সেমিনার কমিটী, য়ুসকোব

ইকাই খুম্নবগি মশক ওইবা মিফম মপু, ইকাই খুম্নজরবা অংগাইবা মিথুং, লৈবাক্কিবা ডেলিগেট মেম্বর পুম্নমক অমদি মনিপুরগী তোঙান-তোঙানবা ছাত্র-নহারোলগী সংস্থান কয়াগি মীহুৎ পুম্নমক, লোইনন বার্ত্তন ফংবিবা মনিপুরগী খং হৈরবা ইবুংঙো ইবেম্মা পুম্নমক ঙসদগী মুহিং নিনি চুপনা য়ুথ এন্দ ষ্টুদেন্টস কো-ওর্ডিনেটিং বোডি মনিপুরন শিঙ্গ-লাংজরবা মীরৈবাক মচাগী বাকমগা মরি লৈননা পাংথোকচরিব ষ্টেট লেভেল সেমিনার অসি — হৌজিক হৌজিক ভারতকী অবাং নোংপোক লমদমদা মীরৈবাক মচা তানথোকপগী বাকমদা মীয়ামগী পুক্নিং চিংশিন্দুনা হোৎরবা ঈহৌ অসি করি করম তৌরগা সোলুসন অমা পুরকপা য়াগদগে হায়বাসিগীদমক নৈন-মীফম অসি শিঙ্গৎনি।

নৈন মীফম অসিদা মনিপুরগী ছাত্র নহারোলগী সংস্থান কয়াগী মীহুৎশিং অমদি মনিপুরগী খং-হৈরবা কয়ানা মরিক চুম্না নৈনবীবগা লোইননা ঈহৌ অসি করি করম তৌরগা কোকহনজনা মীয়ামগী য়াইফবা পুন্সি অমা পুরকপা য়াগদগে হাইবদুগী য়াম্না কোংক্রিক ওইবা সজেসন কয়া পীবীগনি হায়না আশা তৌজে। লোইননা ঙসিগী মিফম অসিদা বাফম থুরদং নিংশিংজনিংবাদ, মফম, মতম ১দি চাং থেম্নবাগি বাফম অদুতং নত্তনা ঙসি ভারতা মীয়ামগী পেন্দবগী

ঈচৌ কয়া অসি তম্ৰনা পোকখ্রে। ভরত, তোঙান-তোঙানবা জাতি কয়া-গী খুন্দাকুনা লৈবা, ষ্টেট অমগা ষ্টেট অমগী মরক্তা শক চু. ভাং-ধর্ম, কয়া খেন্নবা তাকনা শাবা লৈবাক্নী। ভারতকী মনুং-থনা মনিপুর— তোঙান-তোঙানবা লোন, ধর্ম ফাং খেন্নবা কয়ানা শাবা ষ্টেট অমনি। অদুগা তৌকক মনিপুর অমদি ভারততা হোৎক্নবা বাধোক-লানধোক কয় হায়বদি খবক কংদবগি, পোৎ-চৈ মখল তাংবগী ধর্মগী, জাতি-বৈজাতিগী, মীতোপগী, ফোরেনবগী, চাৎনা-গুনবগী, লুৎ-পাৎ তৌবগী অমদি তোখ'য়না তানিংবগী বাধোক কয়া অসি মনিপুরতগি নত্রে। মসিদি চাং অমদি মকম মতম খেৎনবগী বাকমতনি, ভারতকী ষ্টেট পুম্নমক্তা থোকপিবা থোদোকশিংগী শরুক অমনি। অসিগুম্বা থুদোংথিনিংঙাই ওইরবা ফিভম অসি ভারতকুম্বা তোঙান তোঙানবা জাতি কয়ানা পুল্লবা লৈবাক অসিদা চহি-তম্লবা মতুং চহি ৩৩ রোম অসি লেঙ্জাও পাইবশিংগী লৈরাক— কোপটেলিজমলোমদা য়াংনা চংশিল্লুবনা মরম ওইদুনা হিরম থুশিংমক্তা, মকওইবা শেলথুমগী লমদা শাখিনা থোং মখুদবা কয়া থোককপদগী মথল কয়াগী বাধোক কয়া অসি থোকচরক্লবনি

হৌখিবা চহি ৩৩ রোম অসিদা ষ্টেটসিগী সোসিও-ইকো-নোমিক প্লানিংনা অপুনবা মিশিংগী চাদা ৮৫ বু লাইরবা ওইহল্লে। অদুগা লেঙ্জাও পাইব মীওই খরগী থাকি সর্গ য়োৎল্লে। ইমপ্লোই-মেন্ট একচেঞ্জনা মিং চল্লব লাইরিক লাইশু তৈরবা নহা বোলগী মশিং অসি ১৯৭৯গী ডিসেম্বর ফাওবদা লিশিং ৯৯.১৯৯ য়োল্লে অদুগা রি-জিষ্টার তৌদবা ঙাওচৎনরবা নহারোল লিশিং কয়া অমসু লৈরি। মনিপুর— কেন্দ্রদা শাসন পাইদুনা লাকপা সরকারশিং অদুগী রাজনৈতিক দল অদুমক ষ্টেটসিগী ইরমদম মচানা সাসন পাইজদুনা লাকলিবা সদা মীয়ামগিদমক্তা করিমত্তা পাইংৎতবনা হৌজিক্কী

আইন লৈতবা ফিভম অসি থৌরাঙ্গকনিবনি। চহি ৬১ গী অসিগী মনুংদা ষ্টেট অসিদা কারখানা লিংখৎপগী থবক অমত্তা থংদে। কল-কারখানা লিংবদি লাইরবনা ষ্টেট অসিগী হেন্দলুপ ইন্দস্ত্রি কাওবা শিখচনরে।

চহি কয়া অসি কেন্দ্র অমদি ষ্টেট সরকার অসিনা বিজুলি শক্তি, থকুবা ঈশিং, লম্বী থেংনবা ঈথৈ লৌখোং নিংখিনা শেম্বীরবনা হিংনবগীদমক্তা নরক'র ওইবা পোং-চৈ নিংথিনা কংহনদ্রে। মীশিং গী চাদা ৪৬ না থুঙ্গংগী লমদা লৈরগা শু নোংগী শেন্থোক্তী চহিদা চাদা অমা থৌনবা হাইগৎপা ঙমদ্রে। কেন্দ্রনা, ষ্টেট অসিগী দরকার ওইবা কয়া মীয়ামগী ঈহৌগা লোইননা থেংনত্রিবমথৈ ফংহন্দে। ষ্টেটতুদ, ইউনিভর্সিটি, এগ্রিকলচর, মেডিকেল কলেজনচিংবা লিংহল্লবা হেৎনবক্রিবসি মীয়ামগী ঈহৌদগী ফংলকপ'ন। কেন্দ্র সরকারনা ষ্টেট অসদা দরকার ওইরে হায়না থংনা করিগুম্বা থবক ১তা পাইখত্রি। হৌজিক থ্বাইদগী মরু ওইরিবা মনিপুর লোনবু সংবীধানগী নিপাল শুব' ভাঙ্কক্তা য়াওহনবা, মীতৈ মেক চৎনহনবা, ইঞ্জিনিয়ারিং, ভেটীনরি, হোম সাইন্স, ফিসরি, ফিজিকেল অমস্তুং স্পোর্টস স্কুল, কলেজনচিংবা লিংখৎপগী থবক পাইখৎত্রি। ই শোক ১৯৬৮ দগী পাইখৎখিবা লোকাক প্রোজেক লোইশিন্নবদগী বিজুলী ফংদনা থুদোংথিবা কয়া মাইরোক্কনি। থবক পিবদা থর শোৎথনা লৈহৌরব সুগী মীয়ামগী থবক মিজার্ভ তৌবগি বাকমস্থ লৈতে। মনিপুরগী লোইশং কয়াদা লোকেল প্রদকসন লৈন-লৈন য়াম্না কা হেন্না মপানগী মমল য়াম্লবা পোৎ চৈ কয়া শিজিন্নহনা ষ্টেট অসিগী শেনয়াম কয়া মপান্দ চৎহনখি। পঞ্চায়ত অমদি শ্মাল তাউন কমিটি শিংদা শক্তি পিহনা থুঙ্গং শেমগৎপগি থবক পাইখত্তে। মনিপুরগী মরুওইবা কম কয়াদা ষ্টেট অসিগী মতিক চাবা মীওই কয়া লৈরবদা

মপানগী মীওইশিংনা পাইশিন্দুনা লৈরি। হিংবদা চংদবা মাত্রবা মরুওইবা পোৎলম কয়াগী এজেন্সি কয়া অতৈ ষ্টেটতগী লাকপা কারবারবালাশিংনা পাইশিল্লুনা লৈরি, ষ্টেট সরকারনা হোলসেল কারবার লৌশিনবগী বাকং সুকখন খনদে। অসিগুম্বা কয়াসিদগী মীয়ামবু ওৎ-নৈহুনা অমদি শুমহুনা চাবগী চৎথরকলিব. শেনফাও পাইবগী নিয়ম নিতি অসিনা মীয়ামগী পেন্দবগী বাথল অমদি ঈহো কয়া অসি খোকহল্লে। লোইননা কেন্দ্র সরকারনা ষ্টেটশিংদা শেল থুম অমদি রাজনিতীগী অহেনব, ও টানোমী পরার শিদবনা ভারতকী সাসন অসি করিগুম্ব থবক পুম্নক কেন্দ্র সরকারগী অয়াব অমদ কেন্দ্রগী দয়াদা ষ্টেট সরকার চলাইবা অসিনা. মীয়ামগী পেন্দবা কয়াসি অমুকা হেন্সংহল্লি।

চৎথরবা লৈবাক অসিগী সাসন অসি শেন্নাও পাইবগী লম্বীদা য়াংনা চংশিল্লকপনা রাজনিতি অমদি শেলথুমগী শক্তি পুম্নমক মীওই খরতগী খুবামনুংদা লৈরবনি। ষ্টেট অসিগী শেনফাও পাইবা, লৌরাম চাবা, থিকাদার, চোরা কারবারবালা খরন ঐখোয়গী শেল-থুমগী চুক্তি পাওশিনবতা নত্তনা রাজনিতিগী শক্তিসু পাই শিন্দুন মীয়ামদা মখল কয়াগী শকওং কয়া লৌহুনা মীয়ামগী অহোংবা অমদি অওনব পুরকপগী মহুত্তা হৌজিকী মীওৎ-মীনৈগী নিতি অসি অহুমমক চৎথনবা হোৎনরি। শেন্নাও পাইবগী মেজিক অ'স-দনি মীচম প্রজা মীয়াম্না চম্মনহুনা লৈরিবা। রাজনিতি তৌরগা শুবিধাগীদমক অপায়বা সরকারদা নম্না, ঠিকা তৌবা, রাচৎ রানোম, হুয়ান-চিং মশিং য়ামলে। মীওই খরনা মখল কয়াগী রূপ লৌহুনা মীয়ামগী সেন্টিমেন্টা তোং-তোংহুনা খোক তৌরক্লিবসি কুংরে। ঠীকা তৌরবদগী, রাচৎ রানোমলমবদগী, থবক থিরবদগী, নিংবা কাইবদগী ভোৎ লেপলগা শেন তানবগী থবক অমসু কয়া চৎথরক্লি।

মীয়াম্না থং-তৈ হায়ম্নিবা লাইরিক-লাইশু ইরবা কাংবু অমসুং মসাগী অশেংবা শক্তম লেতবা, মমাই য়াম্না লোংবা কাংবু ওইরি। তোঙান-তোঙানবা রাজনিতি দল কয়াদা মহাক্ত তংবা অসি ষ্টেট আসগী রাজনিতিবালা থরগী লেম্নবী ওইরি।

মীয়ামগী পেন্দবগী মরুওইবা মচাক ওইহল্লিবা, মীয়ামবু ওৎ-নৈহনবা শুমহুনবা চাম্নিবা মানপূরগী প্রজা মীয়ামগী খ্বাইদগী তমখিনবা য়েক্নবা কাওবুশিংনা, ষ্টেট অসিগী মীয়ামগী পেন্দবা কয়াগী ঈপৌদা তোংশিল্লি। মখোয়না লৈবাক অসিদা চহি কয়া চূপ্পা ওৎ-নৈবদগী খোরকপা থুদোংথিবা কয়া অসি থংহন-উহনবগী মহুত্তা, অমদি চৎ-থরিবা শেঙ্গাও পাৎবগী নিতি আস হোংদোক্নবগী বাফম্নচিংবা পুন্নমক নাইথেহনবা থমলগা শেন্নাম্নবা লম্বীদা লমজিংলি। মতম অমগী নিংথৌ সাসনগী লেমহৌথাক থরগা লৌতুনহুনা মীয়ামগী পেন্দ্রবা কয়া অসি নাইথেহনবা থমলগা রিভাইবেলিজমগী বা কয়া পুশিল্লক-তুনা চাওখৎপগি খোঙজেল, রাজনিতিগী অহোংব অমদি শেল থুমগী লমদা অহোংবা পুরকপদা অপনবা পিনবা হোৎনরি। শেল থুমগী ফিভমনা মীয়ামগী থুদোংথিবা অমদি পেন্নবা কয়া খোরক্লিবা অসি কোকহন্নবগীদমক লাইরবা লৌমী-শিন্মী অমদি হৌফম থংদ্রবা নহা-রোল মীয়াম্না শেঙ্গাও পায়বগী নিতি-কেপিতেলিজমগী সমাজ অসি মরূকংনা মুৎথৎলগা চাকথুং ফিথুং মাম্নবা হিংমিন্নবা; মাম্নবা সমাজ; অমা পুরক্নবা হোৎনজরিবা লৌমী শিন্মীগী রাজনিতি দল অহুগী পাঙ্গল শোন্থহন্নবা হোৎনৈ অমদি হোৎনখি। অহুগা মীয়ামগী পেন-নবগী ঈপৌবু নাকল অমরোমদা নাথেহনা লম্বী লৈতবা লম্বেলদা খোঙ থাংজিলহন্নবা হোৎনবদা লোইলম শনদোকপা পাম্বা আমে-রিকা অমদি চিনান! 'ভারতকী ফোরেন পোলিসি' হোংহন্নবা হোৎ-নবদা মহারোল কয়াবু দিষ্টেবলাইজেসনগী থুংলাই ওইনা শি-জিন্নবা মতেং পিরি।

লৈবাক্তী চৎনপথাপ হোংলোকপা পামদব কাংবুগী ইথিলনা লৈবাক অসিদা চহি ৩৩লোম চুপনা শেজাও পায়বগী চৎনলোন্দা লৈবাক সাসন ভৌরকপনা হন্দক্তী ভারতকী লোংশোকলোমদা আসামদগী হৌরক্কুনা মীরৈবাক মচা চৎহনখিবগী অকনবা ঊহৌ কয়া চৎথরক্লি। চৎথরক্লিবা খোঙজং অসি-চহি ৩৩লোমগী সাসন অসিগী মনুংদা- ষ্টেট অসিদা ইংশোক ১৯৭১ দা মীশিং লাক্ষ ১০, ৭২, ৭৫৩ য়ৌরম্লে। শোক ৮১ লাক্ষ ১৫গী ময়া য়োরগান অহুগা হেনগৎলকলিবা মতুং অসিনা শোক ১৯৯১ দদি লাক্ষ ২১.১, শোক ২০০১ দনা লাক্ষ ৩০.১ য়ৌরব য়াই। হৌজিক ওইরিবা মনিপুরগী পোপুলেসন অসিগী মনুংদা মীরৈবাক মচা কয়ামুক য়াম্ল, অমদি করম্বা চহিদা চংলকপনো হায়বহুগী তাংদাংবা ধাকম কয়াদি থরক্রি অহুবু মীরৈবাক মচাশিংঅী মনু দা বঙ্গলাদেশতগী লাকপা বেঙ্গোলী; নেপালদগী লাকপা নেপালী; বর্মাদগী লাকপা ত্রাইবেলশিংনি। মনিপুরগী দিষ্ট্রিকশিং অসিগী মনুংদা বর্গ কি:মঃ ২, ২৩০দং চাওবা ষ্টেট অসিগী অপুনবা পাক চাওবগী ১০ শোকপগী শকক ১তং ওইরিবা সেন্ত্রেল দিষ্ট্রিক্তা মীশিং লাক্ষ ৭ ৭৪,৫৩৭ হায়রবদি চাদা ৭৫.৫ না খুন্দারি লেমহৌরিবা দিষ্ট্রিক ৫হায়রবদি চৌংগী লমশিংদা ব্রিটিসনা পাম্লিরৈদা চৎনরম্বা নিয়ম অহু হৌজিক ফাওবা চাং অমদি তমগী ভোঙান-ভোঙানবা 'লেন্দ লো' চৎনহন্দুনা চীদা তম্মীনা খুন্দাবা য় নহনদ্রি অহুগা তমপাক্তা জাতি পুম্নমক্না খুন্দাবা য়াবা, করিগুম্বা চৌংমী অমনা ভমপাক্তা লম লৈরগা য়োনবা তাবরদি দিষ্ট্রিক মেজিসট্রেটকী পারমিৎনচিংবা দরকার ওইহল্লি। চৌংগী লমদা লিজ সিসতেমদা লম শান্দোকতুনা, শেল নত্রগা লোং লৌশিল্লগা খুনদাহনবা কয়া চৎনহল্লি মনিপুরগী চৌংগী লম কয়াদা মরুওইনা নেপালিশিংনা খুন্দাখিবসি চিং-নিংথৌ অমদি লুচিংবা কয়ানা চৌংগী লমদা থবক শুহনগা লোইপোং খোমগৎপনচিংবা কয়াদগী

লৈশিনখিবা য়াম্না য়াওরি। চৌংদা লমগী য়ের্কোদ লৈতবগী মওংনি। য়ুমকোক্তা খজনা লুপা ৩/- ছায়বসিম্থ নিংখিনা খোমগৎতে। চৌংগী জগা কয়া শেমগৎ-শাগৎপগী থবকম্থ নিংখি মুংঙাইনা পায়খৎপিদে। ভারতকী নোংপোক লমদ অসি পুম্না য়েংলবদি লমগী পাকচাওবা অমদি মীশিংদা চৌংমীনা মশিং য়াম্মী, মনিপুরগা থংনবা ষ্টেট অমদি বর্মানচিংবা লৈবাক্তগী চৌংমীশিং চংলকতুনা খুন্দারবদা থঙননবা ঙোংনদ্রি।

ষ্টেট অসিদা টাউন প্লানিং অমদি করেল ডিভেলপমেন্টকী থবক নিংথনা পাইখত্তে, নিংথৌ পাল্লিংঙগী চংনবীগুম মরুওইবা লমলেম লমহাং পুম্নমক ষ্টেট অসিদা শাসন পায়বা কাংবুনা মখোয়গী শেন্দাল লম্বী ওইনা মন্ত্রি, এম: এল: এ: ওইরগা লম য়োন-য়োন্দুনা চারক্লিবা অসি কুইরক্লবনি। ইম্ফাল সহরগী মরুওইবা লম কয়া চহি ৩৩য়োমগী সাসন অসিগী মনুংদা মানপুংগী অমদি মপান্দগী লাকপা শেঙাও পায়বা মীওই কয়ানা খুন্দা-লৈতংহন্নবগীদমক থবক কয়া পায়খৎতুনা মরুওইবা লম কয়া য়োনখোকল্লবনি। মনিপুরগী মরুওইবা লম কয-দিষ্ট্রীক হোসপিতালগী অরাংথংবা শরুক, ইতিহাসকী মফম ওইরিবা কংলাপাক, খুমল লমপাক্কী শায়কোল, অরাংবি: এ: সি: মনাক্কী লম, হাপতা মনাক্তা লৈবা লম, চৌংমৈরোংময়া, শনজাকফম কোন্নুং ময়া, নাগ খোংনুং, পোরোমপাৎকী মথাথংবা শরুক, ডিউলালেন্দগী লম অমদি অতৈ জগা কয়া শেলগীদমক য়োনখি অমদি য়োললুই। ষ্টেট অসিদা লম লৈবা অমদি ভারা শানবগী নিয়ম লৈতবনা শেঙাও পায়বা মীওই খরনা ডুকান প্লোত ৫/১০ ক্ষাওবা থল্লবা য়াওনরে। ষ্টেট অসিদা কেন্দ্রনা থাদরকপা শেনফম কয়া করম্না অমদি কদাইদা কনানা শিজিন্নখি ছায়বগী রাফম য়াম্না কুপনা য়েংশিললুবা তারবদি মীওই খরগী শেঙাও চোনখিবা নত্তুনা মীচম প্রজা মীয়ামদা য়োৎহনবা ঙমদ্রে। চংথরিবা মওং অসিনা মশানা তানা হৌরকফম থোকলবা, মীরৈবাক মচাগী

নত্রগা অমবু ওইরবস্তু অমবু ওইরবস্তু পেন্দবগী ঈহৌ কয়া হৌরক-নবগী মচাক্তী, লৈবাকী সাসন তৌরিবা অসিনা পুথোক-চরকপনি। অণুবু লৈবাক অসিগী খুাইদগী ওকপদি মীয়ামবু মাঙহন তাকহন্নবা হোৎনবা কাংবু অসিগা মীয়ামগী পেনদবগী ঈহৌ হৌবিবা অসিগা অমস্তা ওইবগী মওংদা অদুমক চং থবা অসিনি। সরকার পাইগনি, শক্তি পাইগনি, শেঞ্জা থুমজা তৌগনি অদুগা মশানা মশাদা, সরকাবস্তু চৈগনি, অন্দলোনস্তু য়াওগনি, শেল থুমস্তু পাংগনি. নহারোল কাঙবু ১স্তু মাগী ওইগনি, লৈবাক অসিগী মাংহন-তাকহন্নবা হোৎনবা, মচাকা লৈবাক মাঙলে হায়গনস্তু লাওগনি প্রজা মীয়ামস্তু লৈবাক মাঙহন্নীবা মহ কপু খুাইদগী ইকাই খুম্নবা উৎকনি। নহারোল কয়া অমস্তু লৈবাক মাঙহল্লিবা কাঙবু আসগী লুচিঙ মথাদা থবক নোম্মিন্নবগা মীয়ামগী পেন্দবগী ঈহৌদস্তু য়াওশিন্দবা নত্তে। হৌজিক চংথরিবা লেবাক অসিগী মওং আসদি পৃথিবীগী ওইনা থুর পাকচাওনা যেংলুহগদি এক্সত্রিম লেফটকী শক্তি অমগা এক্সত্রিম রাইটকী শক্তিশিংগ থুংশন্নহনা চংশিন্নগ। সোসিএলিজমগী শক্তি কনথংতনবা হোৎনবা অদুগী মওংহু মনিপুরবস্তু থোকলরে। চংথবিবা মওং অসিনা ষ্টেট অসিদা তুং কোইবা মওংদা মীয়ামগী ঈহৌ পুথংপগি মহুত্তা লাই রবা, ও-নোর্মালবা শোংথরবা কাঙবুগী ফিভম হেন্না শোকচিল্লকপা অমদি মীয়ামবু ওৎ-নৈহনা চাবগী চৎনপথাবতী হোংদোকতন। লৈবা নত্তনা অতৈ করিস্তু ওইদ্রি।

মীরৈবাক মচাগী বাফমদা পাংথোক্লিবা নৈন মীফম অসিদা লেংবিরক্লিবা খুাই থিবিক্লা তুং কোইনা ষ্টেট অসিগী শেল থুম অমদি রাজনিতিগী লমদা অশোয়বা কয়া অমদি সমাজদা শাথিনা থেন্নবা কয়া লৈরিবা ফিভম অসি হোংদোকনবা হোৎনবা অমদি ষ্টেট অসিদা য়াম্না শান্তি ওইনা মর' তপনা লেমজনিংঙাই ওই-রবা সমাজ অমা পুরকনবা হোৎনবদা করি করম তৌবগা হৌজিক হৌজিক চংথরিবা মীরৈবাক মচাগী বাফম অমদি মীয়ামগী পেন-দবগী ঈহৌ কয়া অসি কোকননবা হোৎনবদা মরুওইব সজেসন কয়া পিবিগনি হায়বা আশা তৌজৈ। বাফম থরসি হায়জরগা ময়ামদগী বিদায় লৌজরি।

# মীরৈবাক মচা কনানো ?

শ্রীডব্লিল কুলবিধু সিংহ

ফোরেনারস এক্ট, ১৯৪৬ কী মতুংইন্না 'মীরৈবাক মচা' হায়বা রাহে অসি ইচম-চম্বা রাহে অমা ওইরবস্যু হৌখিবা এপ্রিলগী অরোইবা চযোল মতুংদগী মণিপুরগী, অমসুং ইং ১৯৭৯ গী নভেম্বর থাদগী আসামদা চয়েংনবা রাহে (ছন্দ) অমা ওইরে। ফোরেনারস এক্ট কী ধারা অনিশুবগী মতুংইংদি "মীরৈপাক মচা" হায়বা অসি 'ভারতবর্ষ্যাগী নাগরিক' নত্তবা মী অমনু খংনৈ। 'ভারতবর্ষ্যাগী নাগরিক হায়বসিসু ভারত সংবিধান চৎপা হৌবদগী ওইবা নাগরিক অমসুং মতুংদা কোন্না ওইরকপা নাগরিক হায়না অনি শুই। (১) ভারত সংবিধানগী আর্টিকল ৫ শুবদা কনা কনা ভারতবর্ষগী নাগরিকনো হায়বগী মতাংদা অস্নুা ইরি ঃ

ইং ১৯৫০ গী জানুয়ারী তাং ২৬ হায়বদি ভারত সংবিধান চৎনবা হৌবা মতমদগীনা ভারত্তা তং তানা ময়ুম মকৈ লৈরবা ( Domicle লৈবা ) মী অমসুং –

[ক] মহাক অহু ভারত্তা পোকপা মী, নত্রগা

[খ] মমা-মপা অহু ভারত্তা পোকপা মী, নত্রগা

[গ] সংবিধান চৎনবা হৌবগী য়ামদ্রবদা চহি ৫ গী মমাংদগী ভারতবর্ষ্যদা সাধারন ওইনা লৈরক্লবা মী অহুবু 'ভারতবর্ষ্যাগী নাগরিক' হায়না খংনগনি।

(২) ভারত সংবিধান চৎনবা হৌখ্রবা মতুংদা হায়বদি ইং ১৯৫০ গী জানুয়ারী তাং ২৬ কী মতুংদা "ভারতবর্ষ্যাগী নাগরিক" করম্না ওইবা য়াবগে হায়বগী মতাং "সিটিজনসিপ এক্ট, ১৯৫৫'গী

# মীরৈবাক মচাগী রাফম

মতুংইন্না নৈনবা তাই। সংবিধান চৎনবা হৌখ্রগা মতুংদদি পোকপা মপোক ( birth ), মপা-মপুদগী তাখরকপা (descent) রেজিষ্টার তৌরবা, 'নেচরেলাইজেসন, অমসুং ভারত্তা অতোপ্পা লমদম তিনশিন্নকপা মতুংইন্না ভারতবর্ষ্যগী নাগরিক ওইবা য়াই। অমুম্না মপা অহুনা বিদেশকী রাজদূতকুম্বা অমা ওইহনা দিপ্লোমেটিক ইমম্যুনিটি' ফংবা মী নত্রবদি ইং ১৯৫০ গী জানুয়ারী তাং ২৬ কী মতুংদা ভারত্তা পোকপা মী খুদিংমক ভারতবর্ষ্যগী নাগরিক অমা ওইগনি। অনিশুবদা হায়খ্রিবা তারিক অসিগী মতুংদা কনাগুমবা মী অমা ভারতবর্ষ্যগী রাংমদা পোক্লবস, মপা অহুনা ভারতকী নাগরিক ওইরবদি মহাক অহুস, ভারতকী নাগরিক ওইগনি। অহুমশুবদা ভারতবর্ষ্যদগীদি হৌখিবা মীওই অমনা মসিদা থা ৬ নৈরবা মতুংদা ভারতকী নাগরিক অমা ওইজগে হায়না দরখাস্ত থারবদা ভারত সরকারগী প্রেসক্রাইব্দ ওথোরিটি'না য়ারবদি মহাক অহু ভারতকী নাগরিক ওইগনি, অহুগা ভারতকী নাগরিক অমদা লুহোংলক্লবা মুপী অহুস, অসুম্না দরখাস্ত থারগা 'প্রেসক্রাইব্দ ওথোরিটিনা য়াবগী মতুংইন্না ভারতকী নাগরিক ওইগনি। তৌবদদি মথক্কী অসুম্না ভারতকী নাগরিক অমা ওইরে হায়না রেজিষ্টার তৌবা অসি সিটিজনসিপ এক, ১৯৫৫'গী অনিশুবা সিহ্যলদা তাক্লিবা ফোরম অহুগী মতুংইন্না ভারত সংবিধানবু থাজে অমসুং মসি ঙাক্না চৎকনি হায়না রাশক্লবা মতুংদদা রেজিষ্টার তৌগনি। ৪ শুবদা, ভারতবর্ষ্যদগী হৌখিবা মীওই নত্রবসু সাবালক ওইরবা দিদেশকী নিপা নত্রগা মুপী অমনা ভারতকী নাগরিক অমা ওইজরগে হায়না দরখাস্ত থারবদি কেনদ্র সরকারনা মহাক অহুবু ভারতকী নাগরিক অমা ওইরে হায়না সার্টিফিকেট অমা পীহুনা নাগরিক অমা (ভারতকী) ওইহনবা য়াই। মসিবু মথক্কী পেরাগ্রাফতা 'নেচরেলাইজেসন'

# মীরৈবাক মচাগী রাফম

ভোৎবা হায়না পনখিবা অহুনি। মনিপুরী মওং অসিদগী মথক্কী হায়খ্রিবা অহুগুম্না ভারত সংবিধানবু পাক্তে অমম্মং মসি থাক্না চৎকনি হায়না হায়া রাশকপা তাই। অরোইবা অমম্মং ৫শুবদ লমদম তিনশিল্লকপা অমম্মং হাপচিল্লকপা মতুংদা ভারতকী নাগরিক ওইবা অসিনি। খুদম ওইনা হায়রবদা সিক্কিম অসি ভারতবর্ষ্যদা য়াওরবা মতুংদা হান্নগী সিক্কিমগী নাগরিক খুদিংমক ভারতকী নাগরিক ওইরে। অহুগা ইং ১৯৫২ দা টীব্বৎ অসি কম্যুনিষ্ট চীনানা দখল তৌশিনখ্রবা মতুংদগীদি হান্নগী টীবেটানশিং অহু কম্যুনিষ্ট চীনাগী নাগরিক ওইরে হায়না খংনখ্রে।

ঘটনা খরা: অহুনা "ভারতবর্ষ্যগী নাগরিক" নত্তবা মী খুদিংবু "মীরৈবাক মচা" ( Foreigner ) হায়না ইচম-চম্না খংনরম্বা অসিদা হৌখিবা এপ্রিল তাং ২৬ তা পাংশোয় কেন্দ্রগী লাংজিংদা সি আর পি জরান অহুম শিংখবা অমসুং মহুদগী মৈতৈ নুপী অমা য়াওনা মৈতৈ ৪ থক সি আর পি ১দি সিক্যুরিটী ফোর্সনা শাথিনা হাংখিবা হাক্তগী মণিপুরদগী 'মীতোপ তান্থোকপ'গী অন্দোলোনগী ফেজ অমা লাকখি। মথংগী নুমিত্তা, হায়বদি এপ্রিল তাং ২৭ তা সি আর পি সিফাই অমনা শোয়হুনা কাপথোকখিবনি হায়বগী মিংদা খাঙৈরম্বন্দ বজারদ পোংফম ফমজখি, সনা লুপা য়ানফম ফম্ব নৈতৈ নুপী অমা নোংমৈনা কাপতুনা হাংখিবা ১ম্মং কৈথেল কাজরকপা চীংমী প্রজা অমবু নোংমৈনা শোকহনখিবা অহুদগী মণিপুরগী সাধারন প্রজানা মৈ হৌনা শাওনবা অমা পোকখি, লোয়ননা মথংগী তাং ২৮ দা সম্প্রদায় নুক্কাইনদবা মানবা লাইবক থিবা ঘটনা খরা থোকখি। য়ুম মৈ থাবগুম্বা অশোক-অপন নংবা হিংসাগী ঘটন য়াওখি, ভারতকী নাগরিক্তি ওইবা মনিপুরগী মপান্দগী লাকপা

# মীরৈবাক মচাগী রাকম

প্রজা খরা অরা-অনং থোকখি। ভারতকী নাগরিক ওইবা মুচি, হজাম, শম-ককপা, তেল্লী, থাও য়োনবা অমস্তুং অতৈ ময়াং খরা অতৈ মণিপুরগী প্রজা খরগা লোয়ননা হিংসাগী অরাবা নংমিন্নখি। ফল ওইনা হায়রবদা মণিপুরী নহারোলশিং খরনা "মীতোপ তান্থোকপ'গী আন্দোলন্দা ময়াং তানবগী শরুক খরা য়াওবা ম নবা মওং খরা থোকখি। শন্না হায়রবদা "ময়াং" হায়বগা ফোরেনার ( Foreigner )" হায়বগা অনি অসি থোয়না খেন্নদবা ওইনা মীচম অমদি লাইরিক-লাইসু হৈজদবা প্রজাশিংনা খনবা তাঞ্জা মতেক অমা য়াওখি। অহুবু অহুগুমবা মীচম প্রজান লান্না থল্লুবা তাঞ্জা মতেক অদু ঙসিদি লৈত্রে হায়না লৌই।

আসাম: অসিগুমবা মীতোপ তান্থোকপগী রাকম অসি থন্নরকপা মতমদা 'ওল আসাম ষ্টুদেণ্টস ইউনিয়ন অমসুং ওল আসাই গনসংগ্রাম পরিষদ'না ইং ১৯৭৯ গী নভেমবর থাদগী চথরক্লিব আন্দোলোন অসি মতেক অমত্তং পল্লমত্রলদি মপুং ফাবা রাংকনি। মণিপুরদদি নোংপোক পকিস্তান ( হৌজিক্তা বঙ্গলাদেশ ) দগী লাকপা রিফ্যুজি ভারতকী নাগরিক ওইত্রিবা কাংবু, নেপালদগী লোন্না চংলকপা নেপালীশীং, বরমা ( ব্রহ্মদেশ ) তগী লাকপা মিজোশিং অমসুং অতৈ ফোরেনারশিং অসি মণিপুরদগী হল্ল-হনখিনবা ভারত সরকার অমসুং মণিপুর সরকারদা হৌজিক প্রজা মীয়াম্না তক্লরী। অসামদদি ফোরেনার ১ দী 'ফোরেন নেসনেল'শিং অসি শরুক য়াম্না য়ামথ্রে। নেহরু-লিয়াকাৎ আলি এগ্রিমেণ্ট, ১৯৫১ অমসুং ইন্দিরা-মুজিব এগ্রিমেণ্ট, ১৯৭০ গী মতুংইন্না নোংপোক ওাকীস্টান অমদী হৌজীকী বঙ্গলাদেশ-তগী আসামদা চংলকপা থাত্রবা ফাওবদা অতৈ লোন্না চংশিল্ল-কপা মপামগী মীওইশীং অসী কাহেন্না মশীং য়ামথ্রে। মহম্মদ জীন্নানা হিংলিডৈদা আসাম অসি মুসলিমশিংনা মশিং য়ামবা

# মীরৈবাক মচাগী রাফম

লংদম অমা ওইহল্লগা পাকিস্তান্দা য়াওহনবা য়াননবা স্বরাজ ফংত্রিঙৈদা নোংপোক বাঙ্গলাদগী মুসলিম য়াম্না থাজিল্লমবা অহুগী মোলোম, আসামদা মহম্মদ সাহুল্লাগী মন্ত্রি-মণ্ডল লৈরিঙৈদা মপানগী মীওইশিং কয়া লোম্না পুশিল্লকখিবা পুন্নমক অসিনা আসামগী রাজনিতিগী রাথোক ওইবত্তা নত্তনা অর্থনিতিগী অচৌবা সমশ্যা অমা ওইহনখি। মরমশিং অসিননি ওল আসাম ষ্টুদেণ্টস ইউনিয়ন ১স্তুং গনসঙ্ত্রাম পরিষদনা ইং ১৯৫১ না মী-রৈবাক মচা থন্দোকপগী হোৎনবা চহি ওইগনি হায়রিবা।

১ শুবা আর্টিকল: 'ই.ফ্রক্স' হায়বদি ঈশিং ইচাওগুম্না মপান্দগী মী থোমজিল্লকপগী রাফম অমত্তংগস্থ পল্লমবা দরকার ওইত্রা থল্লি। মরমদি ভারত সংবিধানগী ধারা ২৯ শুবগী মতুং ইন্না ভারতবাসী কাংলুপ মশাগী তোঙানবা লোল, ময়েক নত্রগা সংস্কৃতি লৈজবা কাংবু থুদিংমকপু মশাগী অহুগুমবা লোল, ময়েক, সস্কৃতি অদুবু লেংদনা কঞ্জহনা থমবা য়ানবগী মৌলিক অধিকার পীরি। ইংরেজি মতেক অদু পনবা তারবদি অস্তুম্না ইরি

"29 (1) Any section of the citizens residing in the territory of India or any part thereof having a distinct language, script or culture of its own shall have the right to conserve the same".

অহু ওইরবদি ত্রিপুরাগুমবা রাজ্য অমাদা মশাগী হাম্না লৈজরমবা মীশিংনা ১০০ গী মহুংদা ২৯ দমক ওইরবা, অহুগা, মপানদগী চংলকপা মীওইশিংনা শরুক ৭১ ওইগ্রবা অসিদা হান্নগী ত্রিপুরীশিং অহুগী লোল, ময়েক অমম্নুং সংস্কৃতি অহু লেংদনা কঞ্জহনা থমবা ওইথোকলিত্রা?

**Foreign National :** অরোইবদা, কনাগুম্বা মী অমা 'বিদেশকী লৈবাক ১দগী হেনবনা মজাতিনি ( National নি ) লৌবা য়াবগী আইন লৈরবদি ভারতকী কেন্দ্র সরকারগী প্রেস-ক্রাইব্দ ওথোরিটি'না অদুগুম্বা লৈবাক অদুগী মজাতিনি হায়না লৌবা অদুনা Nationality ( নেসনেলিটি ) লেপকনি। অসি-গুমবা তাঙ্গা থোরকপদনি 'ফোরেন নেসনেল' হায়বা য়াহৈ লাকইবা অসি। অদুনা "ফে'রেন নেসনেল হাযবসি ন্যায়-চুক্তি ওইদবা ছন্দ নত্তে। ফোরেনাবস এক্ট, ১৯৪৬ কী থারা ৮ গুবদা অসিগুমবা 'নেসনেলিটি' লেপ্পগী শক্তি কেন্দ্র সরকারবদা লৈ।

ইতি: ২০-৬-৮০ ইং

---

# মীরৈবাক মচা খন্দোকপা অমদি চৎহনখিবা

রাজং কুঃ ঝলজিৎ সিংহ

মীরৈবাক মচা খন্দোকপা অমদি চৎহনখিবা হাযবসি ঐথোইগী তৌদবা য়াত্রবা ইথোনি। মরমদি মীরৈবাক মচা'শিংসি করিগুমবদা যাম্না খুদোং থীনিঙাই ওই। মথোযগী মরক্তা থরন স্পাই ওইনা থবক তৌরমলোই হায়নিঙাই ফরিমু লৈতে। ভারত্তি হৌজিক্তি অকনবা শক্তি অমা ওইথৎলকলিবা লৈবাক্নি। হৌজিক মণীপুর, মিজোরাম, আসাম, ত্রিপুরানচিংবা লৈবাক অসিনা ভারতকী সীমাননি। য়েরুবা লৈবাকশিংনা মীৎয়েং

চাংগমবা লম অসি মীমনাদা লৈবা লমশিং, অসিনি। মণিপুরনা লৈরিবা অসি ভারতকী অন্তরজাতিক সীমা ( International border ) গা ইন্নর লাইনগা মরক্তনি। অসিগুম্বা মফম অসিদি মীরৈবাক মচা পাংচং চংবা য়াম্বা মফম নত্তে। মীরৈবাক মচাশিং অসি করিগুম্বা মতমদা চুম্না খ্বাইগী থবক তৌবদা নত্তনা পঞ্চম বাহিনী ( fifth column ) গী থবক ফাওবা ভোরকপা য়াই। অসিনচিংবা মরম কয়া লৈবদগী মীরৈবাক মচাবু ঐখোয়গী ইরক্তগী থন্দোকপা অমদি চংহনথিবা হায়বসি ভারত মচা খুদিংমকী, রাজ্য সরকারগী অমসুং কেন্দ্র সরকারগী দাযিত্বনি।

ঐখোয়গী ঈবক্তগী মীরৈবাক মচা থন্দোকপদা ঐখোয় করিসু ইকাইনিঙাই লৈতে। মবমদি ঐখোয় ভারত মচানা অতোপ্পা লৈবাক অমদা লৈরুরবসু ঐখোয়বু নিয়ম চুম্না লাকপরা নত্রগা লোগ্না লাকপরা হায়বহু মখোয়না থিগৎকনি। নিয়ম লাম্না মখোযগী লৈবাক্তা চংলুবা ওইরবদি ঐখোয়বু তান্থোকলকনি। ঐখোয ভারত মচানা, খুদম ওইনা, চিনাদা, ব্রহ্মদেশতা, রসিয়াদ নিয়ম লাম্না চংলুবদা ঐখোয়বু তরাম তরাম তৌরম্বগী য়া করিসু লৈতে। ঐখোয়বু ফাদোক থমগনি, তান্থোরক্কনি। মসিদা লৈবাকশিং অহুম্সু করিসু ইকাইনিঙাই লৈতে। মরমদি মসি হৌজিক্কী মতমগী পৃথিবীগী চৎনবীনি। হৌজিক্কী মতমগী পৃথিবী অসি নেশন ষ্টেট কয়ামুক থোকনা থায়দোকই। দেশ অমগী নাগরিক অহু অতোপ্পা দেশতদি মীরৈবাক মচানি! খুদম ওইনা হায়না হায়রগা ইরানগী নাগরিক অহু ভারতদি মীরৈবাক মচানি; ভারতকী নাগরিক ঐখোয় ইরান্দদি মীরৈবাক মচানি। নেশন শিং অসিনা মাগী মাগী লমদা মীরৈবাক মচা চংবা য়াদনবা ১দি চংলবসু নিয়ম চুম্না চংনবা আইন কয়া শেমহুনা লৈ। ভারতসু

# মীরৈবাক মচাগী ৱাফম

পৃথিবীগী মনুংদা খাইদগী হেন্না চাওখৎপা লৈবাকশিংগী মনুংদা অমনি। মীরৈবাক মচাগী মতাংদা ঐখোয় ভারতকীসু মপু' ফাবা আইন লৈ। মাদু ঐখোয়না মফম অসিদা খরা মথৈ নৈনরিবা অসিনি।

ঐখোয়না পিবিরিবা বিষয় অসিদা খাইদগী মরু ওইবা আইন্দি ফোরেনর্শ এক্ট ১৯৪৬ অসিনি। মসিগা বোংবা রেজিষ্ট্রেসন অব ফোরেনর্শ এক্ট ১৯৩৯, ইণ্ডিয়ান পাসপোর্ট এক ১৯২০, সিটিজনশিপ এক্ট ১৯৫৫ অমসুং ভারতকী সংবিধানসু দরকার লৈ। হায়রিবা এক্টশিং অসিগী মখাদা শেম্বা রুল অমসুং ওর্দর কয়ামুক লৈ। রুল অমসুং ওর্ডরশিং অসি মরী লৈনবা মতাংদ য়াম্না কুপনা নৈনগদবনি। মরমদি অকুপ্পা ৱারোম্দি রুল সুং ওর্ডরশিং অসিদা য়াওদনি। এক্টশিংদি অনৌবা রা খরা খরা পল্লগা মদু পাংথোক্নবা কেন্দ্রীয় সরকারদা শক্তি পীরমবনী। মসিগা কোন্না কোন্নরা ভারত গেজেত্তা করি করি নোটিফিকেসন লৈখিবগে হায়দুনা য়েংবা তাই।

ঐখোয়গী বিষয় অসিদা খাইদগী মরু ওইরবা ৱাহংদি অসিনি মীরৈবাক মচা কদায়বু কৌই? ৱাহং অসিগী পাউখুমদি ঐখোয়না ফোরেনর্স এক্ট, ১৯৪৬ গী সেক্সন ২(a) দা য়েংবা তাই। সেক্সন অসিনা হায়রি, — মীরৈবাক মচা হায়বদি ভারতকী নাগরিক নত্তবা মীবুনি ( Foreigner means a person who is not a citizen of India ) হায়রিবা সংজ্ঞ অসিগী মতুং-ইন্না ঐখোই চৎপা তাই। মীরৈবাক মচা খন্দোকপ অমসুং চৎহনখিবা হায়বা অসিদা ঐখোয়না অহানবদা খণ্ডবা তাবসি মীরৈবাক মচা হায়বসি কনাবুনো হায়বা অসিনি। মদু হৌজিক্তি ঐখোয়না তশেংনা খণ্ডলে— মীরৈবাক মচা হায়বদি

# মীরৈবাক মচাগী র.ফম

ভারতকী নাগরিক নত্তবা মীবূনি। ফো'রেনর্স এক্টনা পীরিবা সংজ্ঞ অসিমক রেজিষ্ট্রেসন অব ফোরেনর্স এক্ট ১৯৩৯ নম্বর সেক্সন ২ দা পী। এক্ট অনি অসিগী মরক্তা করিগুম্বা মত খেন্নবা লৈতে।

মীরৈবাক মচা কদায়বু কৌবগে হায়বহৈ ঐখোই হৌজিক খংলে। মথংগী রাহংদি অসিনি — মীরৈবাক মচা করম্না খন্দোকনি? মত্থু নৈনরসি। মীরৈবাক মচা হায়বসি মখল অনিনি — (১) হান্না ভারতকী নাগরিক ওইরমলগা অতোপা লৈবক্তা চৎলুহুনা লম অহুগী নাগরিক ওইক্লরবা, অহুগা অমুক ভারত্তা হল্লকপা মখল অমা (১) ভারতকী নাগরিক অমুক্তা ওইরক্ত্রবা তশেং তশেংবা মীরৈবাক মচা ভারত্তা হন্দক্তা চংলকপা মখল অমা। হায়রিবা মখল অনি অসি লৈ। মসি খুদমগা কোন্না খন্নরবদি ময়েক শেংবা হেনগনি। আব্দুল কৌবা হূপা অমা ভারতকী নাগরিক ওইরম্লে অহুদগী পাককিস্তানী ওইরনি হায়দুনা ভারত থাদোক্তুনা চৎখ্রে, পাকিস্তানদা লৈক্লরে, পাকিস্তাননী নাগরিক ওইক্লরে অহুদগী অমুক ভারত্তা চংলক্লে। মসিগুম্বা কেশ অসি তোইনা থোক্তবা নত্তে। মসি অসাই ঐখোয়না মথক্তা পনখ্রবা অহানবা মখলগী মীরৈবাক মচা হায়বহৈনি। অনিশুবা মখলনা মমানা হেক পোকপদগী ভারতকী নাগরিক ওইরক্ত্রগা হন্দক্তা ইহান হান্না ভারত্তা চংলকপা। খুদমদি ব্রহ্মদেশতগী মী কাংলুপ অমা হন্দক্তা মনিপুরদা চংলকলে হায়না খনবিরো। মী কাংলুপ অসি ভারতকী নাগরিক অমুক্তা ওইরক্ত্রবা মরমনা মখোই অসি মথক্তা পনখ্রবা অনিশুবা মখলগী মীরৈবাক মচানি।

হৌজিক ঐখোইগী মাঙদা লৈনরিবা রাকমদি — মীরৈবাক মচা করম্না খন্দোকদগে? ঐখোয়না উরে — মীরৈবাক মচা হায়বসি মখল অনিনি। মখল খেন্নবগী মতুং ইন্না মখোয়বু

# মীরৈবাক মচাগা রাফম

খন্দোকপগী নিয়মসু থেরে। মথক্তা পনথিবা অহানবা মখলগী মীরৈবাক মচা খন্দোকপগী শক্তিদি কেন্দ্রীয সবকারতদা লৈ। কেনত্র সরকাবনা মী অম মীরৈবাক মচানি হায়না লেপত্রি-ঙৈগী মমাংদা মী অতগী মবা তাগনি। ম না পুখোক্লিংবা ৫ কয়াসু পুখোকপা যাই। অহবু মচাক ভাবত মচনি হায়না প্রমান তৌজবগী ভাব অহ মহাক মশাগীনি। সবনাবগী চক্তে।

মথক্তা পনথিবা অনিশুবা মখলগী মীরৈবাক মচা অসি খন্দোকপদি ভারত সরকারনা তৌবসু যাই, কোর্টনা তৌবসু য়াই।

ভাবত সবকাবনা মী অমবু মীরৈবাক মচাব হায়না লেপ্পগী শক্তি অসি ট্রাইবুনেল অমা হাপ্পগা ট্রাইবুনেল অহগী ওপিনিয়ন লৌরগা চলাইবসু য়াই। মী যান্না মীরৈবাক মচ বা নত্রগা ভাবত মচারা হায়না যেংগদবা রৈবদি ট্রাইবুনেল অমা হ প্পনা ট্রাইবুনেল অহবু অহানবা থিহনবা অমসুং মহগী মত অমা খণ্ডোকপনা খাইদগী কৈ। ট্রাইবুনেলগী মত অহ ভাবত সরকাবনা লৌগে য়াই লৌবোই য়াই। হৌজিক নোংপোক ভাবত্তা থোকলিবা সমস্যা অসিদি মী অমা অনি মীরৈবাক মচ বা নত্র হায়বগী রাফম নত্তে। মী লীশিং কয়া ভারতকী নাগাবিক্তা নত্রগা মীরৈ-বাক মচারা হায়না য়েংবগী রাফমনি। মসিগুম্বা রাফম অসি ট্রাইবুনেল থাদোক্লগা মত লৌথোকপনা খাইদগী কৈ। ট্রাইবুনেল অহুনি ফোরেনার্স (ট্রাইবুনেল) ওর্ডর ১৯৬৪ গী সেকসন ২ গী মতুং ইন্না শেমগদবনি ট্র ইবুনেল অহদা জুডিসিয়েল এক্সপিরিয়েন্স লৈরবা মী কয়ামুক লৈবা তাই। মতুদা মেম্বর ২দগী হেন্না লৈববদি অমনা চেয়ারমেন ওইগনি। ট্রাইবুনেলগী ওপিনিয়ন অহু মতম চান্না অহী লৈরবা কক্ষ পুক্ষকদা ইপগদবনি। শাক্ষী কৌবগী, কমিশন থাবগীদমক্তি কোর্টগী ইস্যু য়েংবগী শক্তিদি সিভিল প্রোসিডিওর কোর্টকী মখাদা সিভিল কোর্টকী শক্তিগুম লৈগনি।

# মীরৈবাক মচাগী হাকম

হায়রিবা কেন্দ্রীয় সরকারগী পাক্কিগী সরকারদা কেন্দ্রীয় সরকারদা ডেলিগেট তৌবা য়াই। ভারতকী ষ্টেট সরকারদসু ডেলিগেট তৌথ্রে। মনিপুর সরকারদসু ডেলিগেট তৌবা য়াই।

কেশ তৌদ্রিবৈদগী হৌনা মীরৈবাক মচাবু খাজিন্দুনা (Inter") তৌহনা থম্বা য়াই। মীরৈবাক মচাবু লম অসিদগী হেন্দোকনু. মতম অনি অসিদা নত্রগা মুমিৎ খুদিংগী পুলিসতা রিপোর্ট তৌ-হারবা য়াই। হায়বা উনত্রগা জরি তৌবা অমসুং ফাদোক থমবা য়াই।

মীরৈবাক মচা করম্না হনহনখিনি? মীরৈবাক মচাবু মীরৈবাক তান্না থিনবা ঙাই diport তৌবা ঙাই। মদুগী খরচ চংঙি। মহাকপু মীরৈবাক তান্না থিনদ্রিবৈদা ভারততা লৈরিবৈদা মহাকপু চিঙাক পীডবগী খরচ চংঙি। ভারতকী শরুক খরা নত্রগা পুন্নমক মীরৈবাক মচা অহুগী নত্রগা সম্পাটি অতৈদগী চৎনবা য়াই।

## "মণিপুরগী চীংগী লমদা মীরৈবাক মচা চংলকপা"

কেং মেজিনলুং

"মীতোপ" তানবগী অন্দোলোন অসি মণিপুরদা চংলিবা চহি (১৯৮০) দগী অকনবা ঈহৌ অমগী শকুম লৌরকখ্রে। হন্দক ছাত্র নহারোলশিংনা অকনবা থবক পাইখৎলকপা অসিগী চহি থরগী মমাংদগী রাকম অসি থরা মখৈ থম নৈনরকখ্রবনি। মণিপুরদা মীতোপ চংলকপগী রাকম অসি ১৯৭২ গী জুন থাদা মণিপুরগী এসেম্ব্লী য়োনা থাঙৎলকখ্রবনি। অদুবু সরকারগী তং-তাবা কীরেপ অমা লৌখিবদি লৈত্রি।

হন্দক মণিপুরদা হৌগৎলকপগী মপাং ওইরপ-। ১৯৭৯ গী মমৈরাইদগী আসামদা Foriegn national গী অন্দোলোন হৌখি। মথং মথং Maghlaya অমসুং Tripura নচিংবা থং-নবা ষ্টেটশিংদসু মসিগী ঈহৌ অসি শন্দোকখ্রে।

অসিগুম্বা খোংথাং অসি, চহি থরগী মমাংদা Nagaland দগী Non-Naga তাদোকপগী, ঘটনা ইহান হায়া থোকখি। মতুং থরা লৈরগা Mizoram দসু Non-Mizo লৈবা য়াদে হায়বা রাকম থোরকখি। হায়রিবা ঘটনা অনিসিদদি কা হেনবা ( extrimist ) মীওই থরগী থবক ওইনা লৈখি। অমসুং ট্রাইবেল ষ্টেট মচাশিং অদুদা চাওথৎ খোংথাংদা থুমাং চাওশিন্নবা কাংলুপনা এমপ্রোইছ তৌবীব অদুগী মায়োক্তা পেন্নবা কোংদোকপা ওইনা লৌনখি। ঈহৌ অসি হৌরকপগী মতম অমসুং মওংদা থরা থেমবা লৈরবসু, অরাং নোংপোক

# মাবোক মচাগী রাফম

ভারত্তা পাক্তক্লা হৌরক্লিবা ঈহৌ অসিগী ঈথিল অমসুং ঈহুলাস চাওরাক্লা মায়ৈ হায়না লৌবা য়াই। কছরী, ত্রিপুরী অমসুং শিকিমিশশিংনা মাগী মাগী মরূমদময়দা মীশিং য়ামদবা কাংলুপ ওইনা মাংবা তাখিবা অহুগুম্বা দশা অহু অসামীজ অমসুং মনিপুরীশিংদসু ত'রকপা য়াবগী অকিবসু যাম্না তোয়না ফোংদোকনগ্রবনি। মশিংদা ঈজাতিগী আইডেন্টিটি (শক্তম) মাংহন্দনবা হোংলরকপগী লানফম ওইনা উই। Nagaland, Meghalaya, Mizoram, Arunachal না রজ্য অম্মম ওইরকাখবা অসিসু হায়রিবা idendity গী রাফম মপুংনি।

অরাং নোংপোক ভারতকী লমদমদা মজাতিগী শক্তম কণ্ডনিংবা মীওই কাংলুপশিং অসিগী লৈজরিবা স্টেট তরেৎ অসিবু অপুনবা লৈচিং অমগী মথাদা পুরকনিংবগী রাখললোন অমসু উবা ফংই। হায়রিবা স্টেট তরেৎ অসিগী অপুনবা সুলা ( Sula ) হায়বা ( Seven States United Livera-tion Army ) অমা শেমলে হায়না পাওচে কয়াদা থেংনগ্রে মখোযগী থবক অহুগী অচুম অর'ন নত্রগা ওইথোকপা ওই-থোক্তবা থগবগী রাফম নডে। অহুবু মখোয় থরগী রাখলদা নোংপোক ভারতকী কাংলুপশিংগী অপুনবা শক্তম ( Identity) অমা উহন্নিংবগী লৈরমাল্লে হায়বশিমদি থংবা ত্তমই। থরা পিকপা কাংলুপ ওইনা মশা মশাগী Identiy শাগৎলকপগা লোই না অপুনবগী ওইবা ethnic identity অমওগী মথাদা লৈমিন্ননিংবগী রাখল লৈরম্বা য়াই।

অসিগুম্বা মতমগী ঈহৌ ঈথিল কয়া অসিগী মরক্তা মনিপুরদা মীতোপ তানবগী রাফম অসি তোথায় তাবা ঈত্ত মচা অমা ওইনা তরাই তরাইনা থন্দোকপা রানা পোকাই।

# মীরৈবাক মচাগা ৱাফম

অসুম্না ৱাখল্লোনগী চয়েৎনবা অশিগী মথক্তা প্রিপাক, পি এল এনচিংব থোরকইবা অসিনা ৱাহং অসিবু অমুক্তা হেন্না লুহন্দবা নওে। অহুবু ঈহৌ থুদিংমক নিংবা থুংদবা অপাম্বা অমগী মথা পোন্না থোরকপ ঙাকনি। মহুৎশিন্না অপাম্বা অহু মশক খঙনা থবক পায়থৎলবতদা শোলুশন পুরকপা ঙম্বনি।

অহুবু ঙসিগী থন্ন নৈনবা অসিদদি মনিপুরদা মীরৈবাক মচা চংশিল্লকপগী ৱাফম্না মপুং ওইবা ৱাফমনি। মতাং অসিদা হৌজিক প্রজা নহারেলশিংনা তোয়না শিজিন্নরিবা "মীতোপ" হায়বসিগা "মীরৈবাক মচা" হায়বগা কবি খেন্নবগে হাবসিন্নু থন্নবা তঙাই ফদে হায়না লৌই। ভারতম্নু ঐয়েযগী লৈ-বাক্তি হায়না লৌবা মীওই থুদিংমক্তা "মীরৈবাক মচা" হায়বসি ভারতকী নাগরিক নওববুনি হাযনা লৌগনি। Foreigners/ Foreign National হায়রিবসি ভরতকী শংবিধান্না কোন্দবা মীরৈবক্কী মীওইশিংবু থংনবা তাবনি। অহুবু মীতোপ হায়বসিদি, ঙাংলিবা মী অদুনা মহাক্কী মজ্জাতিগা মীনি হায়না খঙবা ফুরুপ অদুগী নওবা অতোপ্পা মী পুন্নংবপু থংনবা য়াই।

মনিপুরদা মপানগী মী চংলকপা:—

চীং অমম্নুংতমগী (ভোঙান তেঙনবা ফুরুপকী) মী-ত্তইশিংনা পূনশিল্লগা নিংথৌ অমম্ভগী মথাদা লৈবাক অমা ওইনা পাল্লকথ্রবা মতুংদা, লৈবাক অসিদা মীতোপ চশিল্লকখিবা অসি মথাগী অম্নুম হায়না থায়দোকপা য়াই:—

(১) অগাম্বদা:— মমাংঙৈগী নিংথৌ হাক্তক্তা লানফা ওইনা পুশিল্লকখিবা বঙ্গাল, কছার, শিলেট, বর্ম্মনচিংবদগী মীওইশিং, অমাদ মপান্দগী, লান্দারকখিবদগী অমুক হনখিদহুনা অহুম্মক লৈহৌখিবা মীওইশিং মখোয় অসিদি, চহি চা কয়াগী

## মীরৈবাক মচাগী থাক্ম

মমাংদগী মনিপুরগী নাগরিক ত্তুইগ্রবনি। মনিপুরগী ওইবা সমাজগী শরুমদা, লোলদা, নাওা, পুনশিনগ্রবনি হায়বা য়াই।

(২) অনিশুবদা:— অনিশুবা লাল্লাওগী মমাং অমম্বুঃ মতুংদা করবাগী মীওইশিংনা মনিপুরদা চংলক-খিবা। মসিদা মাররারি, বাঙ্গালি, পঞ্জাবী অসিনচিংবা পনবা য়াই।

(৩) অহুমশুবদাঃ— ইম্ফাল সহরগী চাওখৎলকপা মতুং ইম্ন মপাঙ্গলনা শু নোমহুনা শেল তান্নবা চ লকপা মাওইশিং। বিহারি মুটিয়াশিং পনবা য়াই। মখোয় অসিদি য়ুম-কৈ লিংহুনা পানবগা থাকম য়াম্ন তাংনা থোকই।

(৪) মরিস্নুবদাঃ— লৌউ শিংউ অমম্বুং শা যন লোয়বদা হৈনজবা লন মরাং কায়না অহাংবা খিহনা লাকপা কাংবু মপাল্পগী লোম্না চংলকপা নেপালি অসিনচিংবা।

(৫) মঙাস্নুবদা:— থুপা লৈতাবগী থুদোং চাবা য়েংহুনা চংলকপা মীওইশিং মসিগী মতাংদা বঙ্গলাদেসনচিংবা নঙ্কবা মফমদগী লাকপা রিফিউজিশিং অমম্বুং বর্ম্ম অমদি থংনবা লৈ-বাক্তগী নোনা চংলকপা ত্র ইংবলশিং পনবা য়াই। মতাং অসিদা মীতোপ হায়বা অসিনা করি হায়নিংলি হায়বহু অথোরিটিভ ওইবা থাহন্নোক লৈতিবনা ঐখোয়না থাহৈ অসি অহুম থোক্লা হনবা য়াই। মীতোপ হায়বগা য়েলহৌঙৈদগী লৈবাক অসিদা লৈরকখিবা কাংলুপশিং মওবা অতোপ্পা মী হায়বা অমা, মহু ওইরবদি মথক্তা পনগ্রিবা নং ১দগী ৫কাতুবাগী মশিং মঙাম্কী মীওইশিং অসি মীতাই ওইরবনি। অনিশুবা অথ'দা মনিপুরগী মহৌশাগী কাংলুপশিংগী নাৎ, লোল, নত্রগা চৎনবীদা অমওা ওইনা লুপশিনগ্রবা নওবা কাংলুপকী মীওইশিংবু "মীতোপ"

# মীরৈবাক মচাগী ৱাফম

হায়বা তারগনা মথক্কী নং ১নওবা নং ২দগী ফাত্তবগী মীওইশিংবু ত্তইগনি। অদুমত্তুবা Foreigner (মীরৈবাক মচা) হায়বদি Indian nationality নত্তবা মথেৎবু মীতোপ হায়রগদি মনিপুরদা মথক্কী নং ৪ অমসুং ৫গী মীওইশিংবু লৌগনি।

হৌজিক ঐখোয়না থম্ন নৈনরিবা "মীরৈবাক মচা" হায়বশিদি Indian Nationality নত্তবা Foreigner শিংগী মরমদা ওইবা তাকনি।

## চীংগী এরিয়াদা মীতোপঃ—

মনিপুরগী চীংগী এরিয়াদা মীরৈবাক মচা (Foreingners) শিং য়াম্না চংশিনথিবা অসি Sadar Hill, Moreh অমসুং Jiribam অসিনচিংবা মফমদনি। District Head Quarters শিং Churachandpur, Ukhrul, Mao, Tamenglong নচিংবা চীংগী মক্ক ওইবা town শিংদ মপালগী মীওই কয়ানা চুকান-নচিংবদা কারবার তৌদুনা লৈ। অদুবু মখোযনা লম লৈদুনা পানথিবগী ৱাফম থোইদোক্না লৈত্রি। মপালগী মীওইশিং অসিগী মনুংদা মীরৈবাক মচা (Foreigner) কয়াযাম্না য়াওরিবগে হায়বদু চপ-চানা থত্তবা ত্তমত্রেবসু, শিংথাংত্তাই ওইবা মশিং অদুক মাম্না লৈত্রি হায়বসিমদি লৌবা য়ারে। মত্তিগী মরু ওইবা মরম থরগী মনুংদা অমদি, Manipur Land Revenue and Land Reformes Act 1960 অসিনি। এক্ট অসিগী Section 158 ত্তুবদা এ ইবেলশিংগী লম অসি নন এাইবেলদা য়োম্থোকপা, পিথোকপা তারবদি Deputy Commissioner গী অয়াবা অমা লৌগদবনি। লৈবা য়োনবদা অসিগুম্বা নিয়ম অমা লৈখিবসিনা মপানগী

## মীরৈবাক মচাগী ৱাফম

মীশক মীওইশিংদা লন্নাই মীওইশিংনা লোম্না লম য়োম্থোকপদা অপনবা পি। মরম অসিনা নৌনা চংলকপা Foreign National শিংদি খুন্দা লৈত্তানা পান্নবা লম পাম্বনিনা চীংদা চংশিন্নিংবগী ৱাখল ৱাংপ্রা হায়না খল্লি। করিগুম্বা হায়রিবা এক্ট অসিগী অথিংবা আইন অসি লৈরগড্রবদি চাংগী লম অয়াম্বা মপানগী মীওইশিং। লৌশিল্লমগ্রগনি হায়বদা হায়মনবা থোক্লোই। চীং District কী town শিং অসিগী হুকান অমদি প্লোট পুন্নমকপ্ত চীংমীশিংনা বল্ট্রোল তৌহনা থম্বা ঙমগনি হায়বা থাজদে। তম্মীশিংনা চংদা কাহনা পানবগী ৱাফমদি ঐখোয়না খনবদা ৱানা থোকই। মরমদি যেহেলৌঙদগী চীং তম তিন্ন তোংননা লাক্লবনি অহবু তম্মীনা চীংদা শা লান্দগী হৈবা লাকপা নম্নুনা খুন্দা লৈত্তাহনা পাল্লনবা চীং কাবা অসিমদি পঙথোক থোকখিদে। অহুগা কবিগুম্বা চীংগী লমদা অথিংবা আইন অসি লৈরমড্রবদি. বরবারগী মীওইশিংনা তমদা তৌরগুম চীংদসু, অহু ম্মক বল্ট্রোন তৌথিবা তাবনি। মসিমদি অর্থনিতিকী ওইবা ৱাফমনি।

অসিগুম্বা আইন অসি লৈনা লৈনা সদর হীলসকী মহুং চনবা লোয়া লম অমসুং তম্পাক ওইবা মফম অয়াম্বা মপান্দগী নৌনা চংলকপা মীওইশিংগী খুৎ চনশিনখ্রে। পুন্নমক অসি ত্রাইবেলশিংনা সরকারদগী অয়াবা লৌরগা য়োনখিবা ঙাক্তনি। হায়বা য়াই। মোরেদা মীরৈবাকমচা য়াম্না চংশিল্লকপগী মরম্না মফম অসি ইণ্টরনেসনেল বোর্ডরদা লৈবনা অথোক অচংদা অমসুং সরকারগী খুদোংচাবা য়াম্না লৈবা অসিননি। অহুনা মণিপুরগী চীংগী লমদসু মীরৈবাক মচা চংশিল্লক্লে হায়বসিমদি চুন্নবনি।

### শেল থুম, সমাজ অমসুং কলচরগী ৱাফম

কাছারদগী কাছারীশিং, ত্রিপুরাদগী ত্রিপুরী জাতি, সিকিমদগী সিকিমিস মাংখিবগুম্না মণিপুরদগী মনিপুরী জাতি মাংখিবা

## মীরৈবাক মচাগী রাকম

য়াবগী অকিবা ফাওরবপসিনা হন্দক্কী মনিপুরদ হৌরকইবা মীতোপ তানবগী ঈহৌ অসিগী অচৌবা মরম অমনি হায়না লৌনৈ। Indian national অমসুং Foreigners পুন্না মনিপুরদ হৌজিক লৈরিবা মপানগী মীওইগী মীশিং অসি চাওরাক্লা লক্ষ অনিরোম্রি হাযনা পানৈ। মনিপুরগী অপুনবা মীশিং লাক্ষ ১৪ (১৯৮১ দা ওইবা য়াবা) দগী ১৪% রোম ওইনে। অহুনা হৌজিক হৌজিকনক্তি মণিপুরীগী মীশিংবু শেন্দোকখিবগী রা লৈত্রি।

### রাজ নীতিগী লমদা শোকচিল্লকপা

শিংথানিঙাই ওইবা অপাঙ্গি সদর হীলসকী মসুং চনবা কাং-পোকপা রিজার্ভ কোন্সটিটুয়েন্সিবু লৌথোকলা মশিং হেনগৎলকপগী মতুং ইন্না ডি রিজার্ভ তৌখিদুনা শোক ১৯৭২ দগী কেনরেল কনষ্টিটুয়েন্সি ওন্থে কাখত্না অসিনা চংগী এসেম্বলী সিট অমা তরাং তরনা মথুবনি।

### লাইনিং লিচংকী মতাংদা

মপানগী মীওইশিং চঙলকপা মরম ওইদুনা লৌনা অমুক মাংথ-রকপগী রাকম লৈহৌরকে। মহাক্নি হায়না হিন্দু ধর্ম্মদা লৈরিবা ধর্ম্মশিংবু, মপানগী জাৎশিং পুর্দা অমুক ওন্থোকখিবগা রা লৈত্রি তারনা নিংজে। অরিবা লাইনিংদা হজিন্দ্রিবা কাংবুদসু থোইদোক্না অপনবা পীরে হৌরক্লে। চংগী লমদসু খৃষ্টান ওনখিবগী রাকম নত্তনা মপানগী মীওইনা অনৌবা ধর্ম্ম পুরকপগী অকিবা লৈত্রি। মপানগী মীওইনা শেল থুমগী ফিভমদা কনট্রোল তৌরিবা অসিগুম্বা থোইদোক্না শন্দোক্না হায়রুবগী দরকার ওইদ্রে। তশেংনা থন্নবা রাকমনি। হৌজিক মনিপুরগী প্রজাশিংনা মরু ওইনা নহারোলশিংনা পোন্নদ্রিবা অসিগী মপুং ওইবা মরুদি শেল থুমগী ফিভমদা লৈবাক্কি শোকচিল্লকপা অসিনি হায়বদা লাল্লোই। শেল থুমগী ফিভম ফত্তবা অসিবু ইকো-নোমিক পোলিসিনা কোকনহনবা ঙম্লক্তবদা, পোলিটীকেল,

## মীরৈবাক মচাগী রাফম

কল্চরেল, ইঠীনিক্কী ওইবা মওংদা মুভমেন্ট হেক হেক হৌরকপ অমসুং রিভোলুসন থোক্লকপা ঙম্ভিঙাই ওইদে। ইতিহাসনা শাক্সিনি।

তম্পাক্কী লমদা হন্দক্কী মুভমেন্ত অসি য়াম্না পাকচাওনা হৌরক্লবসু চহি ১৫ হেন্না থুংলায় পায়বা অন্দলোন চথরকপগী চোকথরবা মণিপুরগী চীংমীশিংনদি রাখল থম্বগী মতম থরা দরকার ওইবগুম উই। মসি Foreignal National গী রাফম মথোয়দা তৌজিকমক্তি অচুক হাক্না শোক্তবনা ওইরম্বসু য়াই। মপানগী মীওইনা য়াম্না তাশীল্লিবা সদর হীলস এরিয়াগী ত্রাইবেলশিংদি ঈহৌ অসিদা য়াম্ন থুনা য়াওশিনখিবসু উই।

### মীরৈবাক মচা তান্থোকপা

মীরৈবাক মচা তান্থোকপা হায়বসি প্রজাশিংনা অন্দলোন তৌরুপ্রবসু ভারতকী সংবিধান মতুং ইন্না কেন্দ্র সরকারনা তৌদবা য়াদ্রবা মথৌনি। অচুবু তৌফম থোকপা সরকারনা মথৌ চঙলক্রবা মতমদি প্রজানা অমুক নিংশিংহনবা হায়বসিসু গনতন্ত্রগী চৎনবানি। ভারতকী নাগরিক ওইবশিংবু ভারতগী লৌথোকপা হায়বসিসু, মণিপুরতগী ওইবা রাফম নত্তে। ভারত সংবিধানগী মথাদা শান্তি ওইনা পাংথোকপা ঙম্বা থবক্তি হায়না থাজে। চীংগী লমদা মীতোপ চ শিল্লকপা মপুং ফানা থিংবা তারবদি মণিপুর Land Revenue and Land Reforms, 1960 গী মথাদা অথিংবা আইন লৈরিবা মসি মপুং ফানা চলাইবা তাই। আইনসি তম্মীবু চিংদা চংহন্দনবা শেম্বা নত্তে, মিমান্ন ত্রিবা চীংমিবু থুমাং চাওশিনথরবা মপানগী মীওইশিংনা exploit তৌবিদনবা মতম থরদংগী Protection থম্বগী রাতনি। হন্দক্তি মতাংসিদদি আইন অসিনা চীংগী লমশিংশি কনগ্রবনি হায়না হায়বা য়াই।

## মীরৈবাক মচাগী রাফম

য়াবগী অকিবা ফাওরবপসিনা হন্দক্কী মনিপুরদ হৌরকইবা মীতোপ তানবগী ঈহৌ অসিগী অচৌবা মরম অমনি হায়না লৌনৈ। Indian national অমসুং Foreigners পুন্না মণিপুরদ হৌজিক লৈরিবা মপানগী মীওইগী মীশিং অসি চাওরাক্রা লাক্ক অনিরোম্নি হায়না পানৈ। মনিপুরগী অপুনবা মীশিং লাক্ক ১৪ (১৯৮১ দা ওইবা য়াবা) দগী ১৪°/০ হেনগৎখ্রে ওইবে। অহনা হৌজিক হৌজিকমক্তি মণিপুরীগী মীশিংবু হেন্দোকখিবগী রা লৈব্রি।

### রাজ নিতিগী লমদা শোকচিল্লকপা

শিংথানিঙাই ওইবা অনদি সদর হীলসকী মঙ চনবা কাং-পোকপী রিজার্ভ কোন্টিটুয়েন্সিবু নেপালী মশিং হেনগৎলকপগী মতুং ইয়া ডি রিজার্ভ তৌখিদুনা শোক ১৯৭২ দগী কেনরেল কনস্টিটুয়েন্সি ওন্থে কখিবা অসিনা চংগী এসেমব্লী সিৎ অমা তরং তর না মংখ্রবনি।

### লাইনিং লিচৎকী মতাংদা

মপানগী মীওই চলকপানা মরম ওইদুনা লৌনা অমুক মাংথ-রকপগী রাফম লৈকম পোক্তে। মরমদি হান্না হিন্দু ধর্ম দা লৈগ্রবা ভম্মশিংবু, মপানগী অতোপ্পা ধর্মদা অমুক ওন্থে কখিবগী রা লৈব্রি হায়না নিংজে। অরিবা লাইনিংদা হুন্জিন্নিবা কাংবুদম্ থোইদোক্লা অপনবা পীরে হায়না খল্লে। চীংগী লমদম্ খৃষ্টান ওনখিবগী রাফম নত্তুনা মপানগী মীওইনা অনৌবা ধর্ম্ম পুরকপগী অকিবা লৈব্রি। মপানগী মীওইনা শেল থুমগী ফিভমদা কনট্রোল তৌরিবা অসিমদি থোইদোক্লা শন্দোক্লা হায়রুবগী দরকার ওইব্রে। তশেংনা থন্নরবা রাফমনি। হৌজিক মনিপুরগী প্রজাশিংনা মরু ওইনা মহারোলশিংনা পোন্নদ্রিবা অসিগী মপুং ওইবা মরুদি শেল থুমগী ফিভমদা লৈবাক্তি শোকচিল্লকপা অসিনি হায়বদা লাল্লোই। শেল থুমগী ফিভম ফত্তবা অসিবু ইকো-নোমিক পোলিসিনা কোকনহনবা ওল্লকুবদা, পোলিটীকেল,

# মীরৈবাক মচাগী ৱাৎকম

কল্চরেল, ইথীনিক্কী ওইবা মওংদা মুভমেন্ট হেক হেক হৌরকপ অমসুং রিভোলুসন থোক্লকপা ওক্লিঙাই ওইদে। ইতিহাসনা শাক্কিনি।

তম্পাক্কী লমদা হন্দক্কী মুভমেন্ত অসি য়াম্না পাকচাওনা হৌরক্লবসু চহি ১৫ হেন্না খুৎলায় পায়বা অন্দলোন চথরকপগী চোকথরবা মণিপুরগী চৌংমীশিংনদি ৱাখল থম্বগী মতম থরা দরকার ওইবগুম উই। মসি Foreignal National গী ৱাৎকম মথোযদা হৌজিকমক্তি অতুক হাক্না শোক্তবনা ওইরম্বসু য়াই। মপানগী মীওইনা য়াম্না তাশীল্লিবা সদর হীলস এরিয়াগী ত্রাইবেলশিংদি ঈহৌ অসিদা য়াম্ন থুনা যাওশিনখিবসু উই।

## মীরৈবাক মচা তান্থোকপা

মীরৈবাক মচা তান্থোকপা হায়বসি প্রজাশিংনা অন্দলোন তৌকন্রবসু ভারতকী সংবিধান মতুং ইন্না কেন্দ্র সরকারনা তৌদবা যাদ্রবা মথৌনি। অদুবু তৌকম থোকপা সরকারনা মথৌ চংলক্রবা মতমদদি প্রজানা অমুক নিংশিংহনবা হায়বসিসু গনতন্ত্রগী চংনবনি। ভারতকী নাগরিক নত্তবশিংবু ভারতগী লৌথোকপা হাযবসিসু, গণপুনতগী ওইবা ৱাৎকম নত্তে। ভারত সংবিধানগী মথাদা শান্তি ওইনা পাংথোকপা ঙম্বা থবক্তি হায়না থাজে। চৌংগী লমদা মীতোপ চ শিল্লকপা মপুং ফানা থিংবা তারবদি মণিপুর Land Revenue and Land Reforms, 1960 গী মথাদা অথিংবা আইন লৈরিবা মসি মপুং ফানা চলাইবা তাই। আইনসি তম্মীবু চিংদা চংহন্দনবা শেখ্বা নত্তে, মিয়াম্না ত্রিবা চৌংমিবু খুমাং চাওশিনগ্রবা মপানগী মীওইশিংনা exploit তৌবিদনবা মতম থরদংগী Protection থম্বগী ৱাতনি। হন্দক্কি মতাংসিদদি আইন অসিনা চৌংগী লমশিংশি কনগ্রবনি হায়না হায়রবা য়াই।

# মীরৈবাক মচাগী রাকম খুম-নৈন মীকমদা অথোইবা মীথুংগী মত

শ্রীরিশাং কৈশিং

ইকায় খুম্নজরবা সভাপতি, তিনবিরিবা মরুওইবা বার্তন ফংবিবশিং seminar অসিগী delegates অমসুং visitors লোয়ননা seminar অসিবু শীনবিরিবা youth and students co-ordinating body গী member পুম্নমক :—

ঙসি পাঙথোক্লিবা সুমীৎ নীনী চুপ্পা পাঙথে কদৌরিবা seminar গী অহানবা হৌদোকপা সুমিৎ অসিদা মরু ওইনা খন্ন নৈনগদৌবিবা অসি, হৌজিক হৌজিকমক কোং-কোং শানা নৈনরিবা রাকম Foreign National issue গী মতাঙদনিময়াম্না খঙই মীরৈ'বক মচাগী রাকম অসি মনিপূরদতা নত্তনা ভারতকি নোংপোক থংবা শরুক্তা লৈবা state পুম্নমক্তা problem (সমস্যা) অসি লৈ। রাকম অসি পাকথোক চাওথোকবক্লবনিনা ঐখোয মযাম্না থূনা লোইশিন্নবা খন্নবি/খল্লি। অহুমকপু কনা কনাগুম্বা খুদোং চাবা লৌবা পাম্বা কাঙবুনদি রাকম অসিদা তোংলগা ইরাং হৌহন্নবা হোৎনবি।

ঐখোয় অসি ভাবতকী শরুক অমা ওইবা মরম্না ঐখোয়গী লমদম অসিদা লৈবিবা মীবৈবাক মচাগী রাকম অসি ভারত সংবিধান্না পিবা ধারাগী মসুংদা লোইশিনবনা অচুম্বা ওইগনি। মণিপুরদা লৈরিবা প্রজা মীয়াম পুম্নমক অসি ভারত বাসীনি, মরম অহুনা মীরৈবাক মচাগী রাকম অসি খন্নবদা য়াম্না থুনা লোইশিননবগীদমক হোৎনবকপদা ভারত বাসী অমা ওইনা হোৎনহল্লিংই।

ঙসিগী seminar অসি হৌদোরকপদা youth and students co-ordinating body গী interim convenor অমসুং seminar sub-committee গী convenorনা পীবিবখিবা তরাম্না ওকপগী অমসুং রাহৌদোকা ভাষণ্দা ভারত বাসি অমা ওইবগী

রাখল পন্নীং কায়দনা চাঙশীখিবা তাবদা মায়া মুক্তাইবা পোকই। seminar অসিনা রাকম অসি লোইশিন্নবগী রাকম পুখোকপ-ত্না অতৈ state শিংদগী কান্নবা পীবা ওন্দনি হায়বগী খাজবা থমজরি।

ঐনা মীয়াম পুন্নমক্তা হায়জনিংবদি মণিপুরগুম্না অতৈ state শিংদগী মীরৈবাক মচা চংহনখিনবগী রাকম অসি লৈরি। তৌবতবু চাং খেন্নবগী রাকমতনি। চাং খেন্নৈ হায়হনা রাকম অসি নাখৈ-দুনা থত্নসী হায়বদি নত্তে। state পুন্নমক্তা লৈরিবা সমস্যা অসি পুন্নমকী ওইনা তুং কোইনা চংকদবা রাকম অমা পুখোন্নবা ভারত সরকারদা ঐখোয় পুন্না তকশীনবা দরকার ওই। মীরৈবাক মচা চংহনখিনবগী রাকম অসি লোইশিন্নবগীদমক তোথাই-তোথাইবা রাজনিতি দল মীহুৎশিংসু দেল্লীদা চংতুনা ভারতকী প্রধান মন্ত্রী শ্রীমতি ইন্দিরা গান্ধিজি অমসুং হোম মিনিষ্টর শ্রী গিয়ানি জৈল সিংহ উন্নহুনা রাকৎ চে পীশিনখ্রে। মীরৈবাক মচা চংহনখিনবগী রাকম অসি মীযাম পুন্নমক্তা অমসুং রাজনিতি দলশিং লোয়ননা লুচিংবশিংদা, খঙহনবা ওমহল্লক্রিবসিগী কংকম খোকপা credit শিং অহুদি রাকমশিং অসিবু পুখৎলকপা ছাত্র নহারোলশিংদা পীজরি।

মণিপুরদা মীরৈবাক মচা চঙশিন্নকখিবা অসি মরুওইনা Burma, Nepal অমসুং Bangladesh তনীনি। মণিপুর ১সুং ব্রহ্মদেশ অনিগী লোন্নবা সিমানাগী নাকল অনিমক্তা লোল অমসুং শক-চু মান্নবা মীওইশিংনা থুন্দাহুনা লৈ। মখোয়গী মরক্তা চাল্লো সৌরোশবা, ললোন ইতিক কান্নবার তিন্নবা অমদি সমাজিকী মরিদা তিন্নবা কয়ামকম য়াওরি। বর্ম্মাদগী শানশিংন মনিপুরদা চঙলতুনা তুমীৎ কয়ানি মরুম চুপ্পা লৈবগী য়াওরি। অহুবু পাসপোর্ট সিষ্টেম চংমন্নকপদগী থরমথৈদি থিংবা ওনখ্রে। মরম অসিদগী মতম অমদা কোরেনন্ন ওইদনা লোন্নবা অহু

# মীরৈবাক মচাগী রাকম

হৌজিক্তি ফোরেনর ওইনা লৌরে। অহুমকপু ব্রহ্মদেশ, নেপাল অমসুং বাঙ্গলাদেশ ঐখোয়গী য়ুম্লোম্নবা লৈবাক্নি। য়ুম্লোম্নবা লৈবাক্কী মীওইশিংবু ঐখোয়না নমহুনা, ফু-চৈহুনা, মৈ থাহুনা তানবা হায়বসিদি হৌজিক্কী মতমদা অমগা অমগা চুংশিনগদবা মতম তাঙ্গ অসিদা চুঙাইনীঙ'ই করি ওই। মীরৈবাক মচা তানবগী মিং লৌহুনা ইরাং থোকহল্লবসিদি ইরাং হৌহল্লিংবা খুদোং চাবা লৌনিংবা সমাজ বিরোধিশিংনা পায়থৎলকপা থোরাং ওইরমগনী হায়না খল্লি। মণিপুরদা হৌজিক ওইরিবা ফিভম অসিদগী হিংশা অমদি চুঙাইতবা ঘোটোনা থোক্লক্লবা অমসুং মহুদগী থোক্কপা চুংঙাইতবা ফিভমশিং অহুগী মক্তা চুংঙাইতবা ফোংদোক্লি। হৌজিক্কী মতমদা ঐখোয় পুন্না অংদি চুংশিননা লৈমিন্নবা দরকার ওই। মরম অহুনা হৌজিক লৈরিবা সমস্যা অমদি অরা-অনা ময়াম অসি ঐখোয়না কোক্লনবা পুন্না হোৎনবা তাই। মতম খবগী মমাংদা থোকখিবা চুঙাইতবা থৌদোকশিং অহুদা সমাজগী মায়োক্না লৈবা মীওই খরনা খুদোংচাবা লৌন্নবা তোৎনবা অহুবুম্ব নিন্দা তৌরি। লৈবাক অসিগী পিকপ্রবা ইমকম অসিদগী খুদোংথিবদা তারবা মখোয়বু কল্লব হোৎনবদা অযাম্বা শরুক শিজিন্নখি। ইতিহাসনা সাক্ষিনি মতম কুইনগী মমাংদগী অমগা অ.গা চুংশিননা লৈরক্লি। মণিপুরদা থোক্লিবা হাৎনা শুনবগী থৌদোক ইরাং অসি অতোপ্পা লমগা চাংদমদুনা যেংলুরবদি করিস্থু লৈতবগুম্খনি। মরম অহুনা India দগী মীতোপ তাম্থোক্লবা হোৎনবদা সংবিধানগী অয়াবা মতুং ইন্না অমগা অমগা কায়নদনবা হোৎনগদবনি।

মীরৈবাক মচা থন্দোকপা হায়বসি তশেংনা য়াম্না লুবা থবকনি। মরম অহুনা Foreigner থন্দোকপদা, সংবিধানগী নিয়ম মতুং ইন্না থন্দোক্লবা হোৎনগদবনি। মীরৈবাক মচাগী রাকম অসি কেন্দ্র সরকারনা দিল্লে তৌই রাইজ্যা সরকারনা

## মীরৈবাক মচাশিং [illegible]

ভোযে। মীরৈবাক মচাশিং অসিমু তাইবং মীওইবনীনা মখোয়বু শা যণভম্না হেক্তা চৎলো হায়ড়না তানখোক্লোইদবনি। মীতোপ শিং অসিমু মতম্ শাংনা কুইনা লৈমিন্নরক্লবনিনা মীতোপশিং অমসুং ঐখোয়গী মরক্তগী য়াম্না সুংশিবা অমা পোক্লে। মরম অদুনা মীরৈবাক মচাগী মাথোক অসি কোকহনবা হোৎনবদা য়াম্না চেকশিননা হোৎনগদবনি। ঐখোয় মণিপুর মচা অমামনা কেন্দ্র সরকারনা মণিপুরদা য়েংলবা মীয়েং অসি লোন্নবী মমানা য়েংবা ম'য়েংগা মান্নে তায়রৈ। নাগালেন্দ অমদি মেঘালয়না ফংলিবা থুদোং চাবা অসিগুম্না মণিপুরদদি ফংদে। হৌজিক্তি কেন্দ্র সরকারনা মণিপুরগী শোৎথরিবা থুদিংমক অসি থংলক্লে লোইননা অথুবা মতমগী মনুংদা কোক্লনবসু হোৎনরগনি। ঐহাক্না হৌজিক মতমগী মহারোলশিংদা নিংবা কায়দনবা নো-ম্নক্না অপিল তৌজরি লোইননা মহারোল ময়ামগী থবক ফং-দবগী সমস্যা কযা লৈরিবা অসি কোক্লনবা অক্সিম কয়াসু হোৎনজগনি।

—————

পাবিয়ু— —নৈনবিয়ু

**চাকথুং ফিথুং মাননা হিংমিন্নবা**

**খুনাই অমগীদমক্তা থেংনজরিবা**

**ছাত্র ফেডরেসন অমসুং য়ুথ ফেডরেসনগী**

**থা/থাগী চেকোও**

**অওনবা**

য়ুথ এণ্ড ষ্টুডেণ্টস কো-ওর্ডিনেটিং
বোডি মণিপুরগী মেম্বরশিং

●এমঃপিঃপিঃ য়ুথ ফ্রণ্টঃ ●য়ুথ ফেদেরেসন, ●এমঃ পিঃ রাইঃ সিঃ ঃসি [আই]; ●এমঃপিঃরাইঃসিঃসিঃ [ইউ] ●ইঃএলঃপিঃ য়ুথ ফ্রণ্টঃ ●এঃএমঃদিঃ রাই,এল; ●এস,এফ,আই, ●ছাত্র ফেডরেসন ●এন,এস,ইউ,আই, [এম আই] ●এন,এস,ইউ,আই, [এম ইউ] ●এস,পি,আর,সি, বোইজ এণ্ড গার্লস।

# মণিপুরদা মীশিং হেনগৎলকপগী চাং অমদি মহুৎনা শেল থুমগী কিভক্না ওইহনলকপা মথং

ডাঃ ঐইচঃ নবকিশর সিংহ

পৃথিবী পুম্বগী মনুংদা ভারত অসি মীশিং য়াম্বদা অনীশুবা লৈবাক্নি। চুম্না মশীং য়াম্বদা নতনা মীশিং হেনগৎলকপগী চাংশু অমুক অমুক হেনগৎলক্নি। অসিগুম্বা ভারত উপ মহাদেশকী পীক্রবা চাংওথৎপগী খোংথাংশু য়াম্না শোথখ্রবা ষ্টেট অমা ওইরিবা মণি-পুরদশু অমুক্না মীশিং হেনগৎলকপগী শমস্যা অসি লৈতবা মক্তে। অহোইনচুম য়াম্না হেন্না লৈ হায়বা য়াই। মরমদি য়াম্না পীক্তবা লায়রবা লমদম অমা ওইবনা চুপশিনবা ঙম্বগী শক্তি য়াম্না নাংলি হায়বা য়াই। মতাং অসিদা হৌখিবা চহি ৫০গী মনুংদা মণিপুরগী অমদি ভারত পুম্বগী ওইনা হেনগৎলক্লিবা মীশিংগী চাং অসি অবুক্তং য়েংবা য়াই।

| চহি | মণিপুরগী মীশিং | ভারত পুম্বগী মীশিং |
|---|---|---|
| ১৯০১ | ২.৮০ (—) | ২৩.৮০ (—) |
| ১৯১১ | ৩.৫০ (২%) | ২৫.২০ (০.৬%) |
| ১৯২১ | ৩.৮০ (০.৯%) | ২৫.১০ (০.০৪%) |
| ১৯৩১ | ৪.৫০ (১.৮%) | ২৭.৯০ (১.১%) |
| ১৯৪১ | ৫.১০ (১.৩%) | ৩১.৯০ (১.৪%) |
| ১৯৫১ | ৫.৮০ (১.৪%) | ৩৬.১০ (১.০%) |
| ১৯৬১ | ৭.৮০ (৩.৫%) | ৪৩.৯০ (২.২%) |
| ১৯৭১ | ১০.৭০ (৩.৭%) | ৫৪.৮০ (২.৫%) |

# মীরৈবাক মচাগী বাকম

মথক্কী টেবল অসিদগী ঐথোরবা উবা বাকম অমদি খৃঃ ১৯০১ দগী হৌবা খৃঃ ১৯৫১ ফাওবগী মমুংদা মনিপুরগী অমদি ভারত পুম্বগী ওইবা মীশিং হেক্কৎপগী চাং অসি চাউরাক্লা অহুম মান্নবা। চৎলমই অমদি মহু থোইনা মাংলমদে হ.য়বা অসিনি। অহুবু খৃঃ ১৯৫১ গী মতুংদগীদি ভারত পুম্বগী ওইবা মীশিং হেক্কৎপগী চাং অসি থুমমৈথেদি হেক্কৎলবস্থু মনিপুরগীনা থংহেন হেনগৎখিবগুম তৌরি। মতৌ অসুম্না খৃঃ ১৯৬১ গী মীকোক থীবদা ভারত পুম্বগী চহিদা ২.২% ওইবদা মনিপুরগীনা চহিদা ৩.৫% ওইখি। খৃঃ ১৯৭১ দনা মথং শিংনা চহিদা ২.৫% অমদি ৩.৭% ওইখি। অসুম্না থংহেন হেক্কৎখিবা অসি মনিপুরদগী নত্তে। ভারতকী অবাং নোংপোক লমমগী ষ্টেট খুদিংমক্তনি। খুদম ওইনা খৃঃ ১৯৬১ অমদি খৃঃ ১৯৭১গী মীকোক থীবদা ফংখিবা লমদম অসিগী চহিগী ওইবা মীশিং হেক্কৎপগী চাং মথাদা পীরি।

| ষ্টেট | খৃঃ ১৯৬১ | খৃঃ ১৯৭১ |
|---|---|---|
| আসাম | ৩.৫% | ৩.৪% |
| মেঘালয় | ২.৩% | ৩.২% |
| নাগালেণ্ড | ১.৪% | ৪.০% |
| ত্রিপুরা | ৭.৯% | ৩.৬% |
| অরুনাচল প্রদেশ | — | ৩.১% |

থোইদোক্লা খৃঃ ১৯৫১ দগীদি মথং মথং চথরক্লিবা শেমগৎ থৌরাংশিংগী মথাদ মাইক মুম্বানগী থৌরম কম্না মথং মথং পান্নথৎলক্লিবনিনা মীশিং হেক্কৎলবস্থু হেক্কৎকম থোক্তে। হেক্কৎকম থোক্তবদা হেক্কৎখিবগী মরু ওইবা মরম অমদি ভারতকী মুমলোম্বা মপান লৈবাকশিংদগী লৈবাক অসিদা মীচেল মাম্না থোমজিন্নকপনা ওইকম থোকই। থোমজিন্নকলিবা মীশিং অসি ভারতকী অতৈ মকম পুম্নমক শীনবা থুংবা চাইথ্রবস্থু থোইদোক্লা অবাং নোংপোক লমদমগী ষ্টেটশিংদনা চাং হেন্না হান্নবা অসি পীখিবা টেবল অসিদগী থত্তবা ভুমই।

## মীরৈবাক মচাগী ৱাফম

অশেংবনক খৃঃ ১৯৫১ গী মীকোক থীবকাওবদা চাউথাক্লা মায়থা অমদি নেমলগা চৎথিন্নরক্লগা মনিপুরগীনা ভারত পুমগী ওইবা চাংচৎতগী থংহেন হেন্নগৎখিবগী অতৈ থোইদোকপা। মরম লাক্না কংদে। করিগুম্বা মনিপুরগী মীশিং অসি হায়রগী মতৌঙ্গুম্বা চাউথাক্লা ভারতকী চাংচৎতা হেন্গৎলক্লবদি খৃঃ ১৯৬১ দা লাখ ৭.০, খৃঃ ১৯৭১ দনা লাখ ৮.৭০ তমক ওইরমগদবনি। মচুগী মহুত্তা লাখ-৭.৮ অমদি লাখ ১০.৭০ ওইখিবনিমা লাখ ২ দি মকম থঙদবা মীওই ওইবা তাই। ভারত পুমগী ওইরিবা চাংচৎ অসিমু মপান লৈবাকী মীচেল য়াওবনিমা অশেংনা পোকপা শিবগী চাং থোরবগী হেন্গৎলকপা মীশিংদি লাখ ৮.৭০ দগী ফাওবা তারবা য়াবগী ওইথোকপা লৈ। হায়রবদি মকম থঙদবা মীওই অসি খৃঃ ১৯৭১ গী মীকোক থীবগী মতুং ইন্না মনিপুরদা লাখ ২,গী মথক ফাওবা ওইরম্বা য়াই। অশেংবনক, ভারত সরকারনা শেল য়াম্না তিংবা পাইথৎলিবা য়াইফ-য়ুম্বানগী থৌরাং অসি মী কাংলুপ থুদিংগী চপ চানা থাজনা পাওথোক্লবমু মনিপুরদদি মায় পাক্তবা নত্তে হায়বা য়াই। মনিপুরগী মপান্দগী অমুম্না থোমজিন্নরিবা মীওইশিং কাংলুপ অহুম থোক্না থায়দোকপা য়াই। মচুদি (১) মীরৈবাক মচাশিং, (২) মনিপুর য়োমফিত্রৈদা ভারতকী ষ্টেট থরদা মতম থম্না পম্বরগা ভারতকী নাগরিক শাহনা চঙলকপা মীরৈবাক মচাশিং অমদি (৩) কোংমা লয়োন ইভিক নক্রগা থবক ইমথাংগা মরী লৈনমা লাকপা ভারতকী নাগরিকশিং হায়রবা অসিনি।

মনিপুর অসি মহোৎশা চুপীগী মশিংমা নুপাগী মশীংদগী হেন্নমই। থুদম ওইনা খৃঃ ১৯৬১ দা নুপা ১০০০ থুদিংগী নুপী ১০১৫ লৈরমই। অদুবু খৃঃ ১৯৭১ দগীদি নুপা ১০০০ থুদিংগী নুপী ৯৮৪ লৈখি। অমুম্না হোংলকপা অসিগী মরম অনীদি মসি ওইবা

# মীচৈয়াক্ক মতাঙী থাকথ

য়াই (১) হায়রিবা মতম অসিদা মুপ্যাগী শিংগী চাংবা মুপীমিদগী হেন্নবস্‌ পোকপগী চাংস্থ অমুক হেন্না হেনখি। (২) অতোপ্পা মরম অমনা মনিপুরগী মপাঙ্গলগী লাকপা মীওইশিংগী মরক্তা মুপানা মুপীদগী মশীং য়াম্না হেনবমস্থ ওইবা য়াই।

অতোপ্পা মনিপুরগী মীশিং হেজংলকপগী থোইদোকপা মওং অমনা মী তাবগী অকুং-অরন য়াম্না খেন্নবা অসিনি। মনিপুরগী অপুনবা পাকচাউবগী শরুক তরা থোকপগী মাপল্লোম ওইরিবা চীংগী লমদনা মী লম্না তাই অদুগা পীকপ্রবা তম্পাক্তা লমদনা মী কা হেন্না কুংনা তাই। মীশিং ওমকী ৭১% দি তম্পাক্তা লৈ, ২৯% অমক চীংদা লৈরি। খৃঃ ১৯৬১গী মীকোক থীবদা মনিপুর পুম্বগী ওইনা চাংচত্তা বর্গ কিলোমিটর অমদা ৪৮ লৈখি। অদুগা ময়াই থংবা নোংপোক, মরাং, নোংচুপ অমদি খা জিলাশিংগীনা মথংশিংবা ১৩৬, ১৪, ৩০, ১০ অমদি ২১ ওইখি। হায়না ময়াইথংবা জিলাগী শরুক অমা ওইপ্রবা মতুংদা ময়াইথংবা তম্পাক্তী জিলাগী মী অকুং অরনগী চাং অসি বর্গ কিলোমিটর ১দা মী ১০ ওইখি। ইম্ফাল সহরতগী ওইনা বর্গ কিলোমিটর ১দা মী ৫৭৪২ য়ৌখি। নিংশিংবা য়াই, মচুদি ভ-রত পুম্বগী ওইনা চাংচত্তি খৃঃ ১৯৭১ দা বর্গ কিলোমিটর ১দা মী'১৮২ তনি। পীকপ্রবা ষ্টেট অমতগী মম্পুংদা মী অকুং অরন য়াম্না খেন্নবা অসিনা লৈবাক্তী শেমগৎ শাগৎপগী থবক্তা য়াম্না অকায়বা ওই-হল্লি। চাওথংপা চাং মাম্না পুম্নকপা তারবদি মী অকুং-অরনগী খেন্নবা লৈরিবশিং অসি য়ারিবমথৈ শেমদোক্লবা থৌশিল তৌতাইফদনা পাম্নথংপা তাই। নত্রবদি শেমগৎ শাগৎপগী থাক্তা মীয়াম্না পু-থোক্লিব। শেনবমগা মথোয়না ফংলিবা কাম্নবা অদুগা চাং য়াম্না মাম্নদবা থোকনি। "মতাং "অসিদা এশিয়া পীকপা মী য়াম্না কুংনা তাবা লমনা হেন্না থুদোং চাদবা মংবা হায়বা অসি মশানা তাকবা থাকমনি।

# মীরৈবাক মচাগী ৱাফম

অস্তম্না মীশিং হেন্গৎলকপগী চাং য়াম্না হেন্গৎলকপা অমদি চাং য়াম্লবা অসনা মনিপুরগী শেনমগৎ-শাগৎপগী থবক্তা অমদি শেন-থুমগী মওংদা য়াম্না শক্তায়বা ওইহল্লি। (১) মনিপুরদি লৌউ শিংউগী থবক্তা মপুং ওইবা শিনকম ওইবা লম অমনি।

মী-শিংগী চয়ম্বা ৭১%দি লৌউবগী থবক তৌই। লৌউবগী থবক্তা ষ্টেটকী অাং চয়ম্মক্তী ৫২% রোম পীরি। অদুবু লৌউ শিংউগী থবক অাস কাওবা য়াম্না শোখনা লৈরি। মসিগী মকওইবা মখুম অমদি লোন্দা ঈশিং পীবগী থৌরাং অসি য়াম্না বাৎলি। ভারত পুম্বগী ওইনা লৌবুক চয়ম্মক্তী ২৯% ঈশিং পীবগী থৌরাং লৈরবা মতমদা মনিপুরগীদি ৭% তমক ওইরি। অদুনা হৌখিবা চহি অনিদা থংনা-থংনা ঈকং শোকখিবা অমসুং নিংখিনা লাকখিনবা ওমখিদে। অমদি মশাগী পোৎখোক্তা চবা কোম্বরস্না মনিপুর ওসিদি চাবা কোম্নদবা লম অমা ওইরে। মসি শেমগৎ-থৌবাংগী পোৎখোক্কী পান্দম য়োরবা ফাওদ্রে। খুদম ওইনা খৃঃ ১৯৭৯-৮০গী মনিপুরগী ফৌগী অথোকপা চাং চয়মক্তা টন লাখ ২.৬নি। মশিংনা লাখ ১৪.৫ য়ৌ-রবা র'রে কায়না পারি (মনিপুর সরকারগী চাহীগী থৌরা ১৯৮০-৮১গী মতুং ইন্না)। মসি পাথোকপদা মী অমদা থা অমগী ওইনা কৌ কিলো ১৬ নত্রগা চেং কিলো ১০ মুক্তা থুংই। মাসনা মহৌশাগী ওইবা অমাং অতা পাশল্লবদি মী অমদা থাদা চেং কিলো ৭/৮ দগী হেন্না থোকপগী বা লৈতে।

(২) মনিপুর হৌজিক ফাওবা ভারতকী রেল লম্বীগী মেপ্তা য়াওদ্রি। হৌজিক মনিপুরদা রেল লম্বী শেম্বা থৌরাং তৌরিবা অসিনা লোইরগসু থ্বাইদগী নকপা রেল গাড়ীগী থুংফম অদু ষ্টেটকী কেপিটেলদগী কিলোমিটর ২০০ হেন্না অতুম লাপানগনি। চথোক চৎশিন অমদি পোৎ পুথোক পুশিনগী খুদোংচাবা বাৎপা, তঙাইফদনা

চঙবা পোৎ অয়াম্বা মপান্দগী পুশিল্লকপা; দরকার ওইবা পোৎ মতম চানা, মমল চানা কংদবা, অয়োনবশিংনা লৌনিংবা মমল লৌবদা অথিংবা লৈতবা পুম্নমক অসি হৌজিক তৌজিক ওইরিবা মওংনি।

(৩) মনিপুরদা খুৎশাগী থবক অপীকপা অমদি অচৌবা মথল কয়া লিঙ্খৎনবগী খুদোংচাবা মওং লৈতবা নত্তে। অদুবু শেমগৎ-পিবা রাংপদগী ওসি কাওবদা শিংথাবা য়াবা অচৌবা খুৎশাগী শিন-খঙ অমত্তা শেমগৎপা ঙমদ্রি অপিকপা খুৎশাগী থবক্কী ফৈটকী আইগী ৫% ভমক লাকলি। খুৎশাগী থবক্তা শোথহৌবা অসিগা ফৈট অসিগী ওইরিবা লায়রবা অমদি থবক ফংদবগী সমশ্যাগা য়াম্না মরুবা মরী লৈ।

(৪) মনিপুর অসি য়াম্না শোথহৌরবা লায়রবা ষ্টেট অমনি হায়রবদা করিস্ত্র চিংনবনিংঙাই লৈতে। ভারত পুম্বগী ওইনা মী ৪০%না লায়রবগী কাংলুপনি হায়না পারি।

অদুবু মনিপুরগীদি ৮৫% না লায়রবনি। অদুগীস্তু মথক্তা লায়রবা কাংবুনা অস্তুম অস্তুম লায়রথরকপা ঈমাক খুনবা কাংবুনা অস্তুম অস্তুম হেন্না খুনগৎখিব, খুদোংচাবা মাম্না কংবা ঙমদবগী মওং অমা অত্তুম লৈব্রি।

(৫) থবক ফংদবগী সমশ্যা অসিস্ত অর ইবা নত্তে। মসি ভারত পুম্বগী ওইবা সমশ্যা নি হায়রব য়াই। চহি মঙা মঙাগী থৌরাং মথং মথং লোইরকপা খুদংগী থবক ফংবা মীগী মশিং অসি অস্তুম অস্তুম হেনগৎলক্লে। অম্ম হায়রবদা থৌরাংশিং অসিগী মথাদা পিবা ওন্ন থবকশিংদগী অনৌ অনৌবা থবক খিবা মীগী মশিংনা য়াম্না হেল্লে। খুদম ওইনা হায়রবদা ভারতকী চহি মঙাগী থৌরাং মথং মথং মঙারক লোইখ্রিবা অসিগী অরোইবদা লৈখিবা থবক ফংদবা মীগী মশিং অসি মিলিয়ন ৯,২১,২৫,৩৫ অমদি ৬০ নি। মসিগী মথক্তা থবক

# মীরৈবাক মচাগী বাকম

বাৎন ফংব (অওব এমপ্লোইজ) মী মিলিয়ন ৩০০ লোয় অমম্ভ্ লৈ-রিবমি। অদুবু সমস্যা অসি মনিপুরদনা ৱরা হেন্না কিতম শোক-চিন্না লৈ। এমপ্লোইমেন্ট একচেঞ্জদগী চৎনরিবা রেজিস্টরগী মতুং ইন্না মনিপুরগী থবক ফংদব মীগী মশিং অসি খৃঃ ১৯৫৭-৫৮দা ৩,১৪৫ খৃঃ ১৯৭৭কী ডিসেম্বর থাগী অরোইবদা ৬০,৮৭৪, খৃঃ ১৯৭৯গী মে থাগী অরোইবদা ৭৯৯৭৫, খৃঃ ১৯৭৯গী জুন থাগী অরোইবদা ৮১,৬১৫, অমদি খৃঃ ১৯৭৯গী ডিঃ থাগী অরোইবদা লাখ অমগী মথক য়োথি। মনিপুরগুম্বা পিক্লবা ষ্টেট অমগীদমক্তদি মসি তশেংনা অকিবগী মশক্তি হায়বা য়াই। থোইদোক্পা অতৈ ষ্টেট কয়াদা লৈব-গুম্না মনিপুরগীদি থবক ফংদবা মীশিংগী ইনস্যুরেন্স ভোৎগী থৌরাং লৈত্রিবনিনা সমস্যা অসি মীওইবনা থাজবা ঙমদবা ওইথোক্তবা কিতম অমা ওইরে হায়বদা হায়দনবা থোকলোই। থবক ফংত্রিবা অসি সরকারগী থবক তাক্তগী ব নত্তে। লাম্নীগী জবান ওইগে হায়বফাওবা ফংলক্তবগী বানি। ভারত লাম্নীগী সিকাই লৌবা ওফিসার চহি খুদিংগী মনিপুরদা লাক্তবা নত্তে। অদুবু অয়াম্বা মতমদা লমদাইগী জিলা হেড কাটরশিংদা ফময়গা ষ্টেটকী কেপিটেলদু ওইরিবা ময়াই থংবা মীশিং খ্বাইদগী হেন্না য়াম্না লৈরিবা জিলাগী হেড কাটরদু ওই-রিবা ইম্ফালবুনা কান কান্দুনা চৎথিবা অসি চ্চোইবা অমদি অকবা থবক নত্তে। মসিনা ভোৎগে চায়না ভোৎমত্রকাওবদা অথম্বা মী কাংলুপ থরদা ভারতকী নাগরিক অমদা ফংকম থোকপা অধিকার ফংহল্লবগী মওং অমা লৈ। থবক ফংদবগী সমস্যা থয়বকপদা কবা-গুম্বনা সেলফ এমপ্লোইমেন্ট পীজবগী বাকয় তোইন্না পল্লি।

চুমই, মসিসু সমস্যা অসি কোক্লবা অচৌবা পাৰৈ অমনি। অদুবু, মতাং অসিদা সরকারনা থবক তম্বীবগী ট্রেনিং অমদি শেলগী মতেং পীবা ভাবগী বাকয় য়াম্না চংলি। মতুংগীদমক লৈরিবা সরকারগী

# মীরৈবাক মচাগী বাকম

থৌরাং অদু লৈরিবা সমশ্যাগা য়েংনবদা মতিক চাবত্রা চদব্রা হায়রবা অদু খল্লুমিন্তাই ওইবা ব ফমনি। চুম্ম লম্বাং তুহাং থরদা লৌশিন নবগীদমক শেল থর কায়থোকপনবদি ওইবা য় রোই। থুঙংগী লমদা লৈরিবা মরুওইবা সমশ্যাদি থবক ফংদবা মত্তে। থবক বাৎনা ফংবা নত্রগা অঙৱ এমপ্লে ইমেণ্টকী বানি। মরম অদুনা লৌউ-শিংউবগী থবক ফনা নিথিজনা শেমগৎলকাওরদ থবক ফংদবগী অকিবগী মশক শুইরব সমশ্যা অসি কেʼকহনবা ঙমলোই। মদুনা অগুর এংপ্লে ইমেণ্টকী সমশ্যাদি কনা ফজনা কোকহ বা ঙংগা য়াই। মভাং অসিগা প য়থৎপা ত বা মরুওইবা পাথৈ অনিৎক্তনি হায়রবা য়ুই। (ক) মতুগী নমক অপিকপা অলৌবা অমদি মমাই ওইবা মথল থুদিংমক্কী থুং শ গী থবক শেমগৎপা য়াবা পুম্নমক অমত বাহ্না শেমগৎপা ঙাই। মরা অসিদা মহৌশাগী ওইব খুদোংচাবা মচাক মথুম কয়া ফ দব মত্তে। সভেʼকয়া প্রেজেক্ত কয়াম্ন লৈরবনি। থবক মচু তানা পায়খৎপিদবগী বানি মনিপুরʼদ থোইবোক্না লায়-রবা চাওখৎপগী লম্বীদা য়াম্না শাথনা লৈহৌবা লমদম অমা ওই-বনা হিরম অসিদা সরকারনা থোইদেʼকপা দায়িত্ব লৌবা মতুনাদ লম্নাই মীওইশিংদা থাদোকপনʼদি ওইবা য়াবোই। ওইথোকপা য-গদবা শেল তোংগদবা থুংশাগী থবক পায়খৎপদা সরকারনা মশাগী শেল মতিক চানা লৈত্রʼফাওবদা পুথা ফ লোইদবগী মরম শুরুক্ক লৈতে। (খ) লোয়মনা, সরকারগী থবক হাপ্পদা অচান মীরাই থায়দনা মতিক চাবা মীদা থবক হাপ্নীকম থোকই। মী থরগীদমকতা থাকচিন্দুনা থম্বা, খুদোংচাবা হেন্না হেন্না পীশিনবগী থৌশিল অসি মনিপুরদদি চানদে। মরমদি পান্দে কমিটি রিপোর্ট, ভারত প্লানিং কমিসনগী রিপোর্ট মতুংইন্না মনিপুরদা লৈরিবা জিলা পুম্নমক চাওখৎপা লম চিংই। অমগা অমগা করিম্ক খেন্নবা লৈতে। মরম অদুনা খেন্নবা

থম্বা চুমদে। মসিনা থবক ক্দবা মীশূম খুদিংমকপু সরকারগী থবক পীবা ওমত্রবস্ মথোয়গী থম্মোয়দা য়ামত্রবদা মতিকপু চারবদি ফংবা য়াবা হায়বগী আশা পিগনি। য়ামত্রবদা তুংগী আশাদদি মাংদনবা শিনবীফম থোকই। অঙাং নিঙাই চাওবনা ওমোক য়াম্না চাবগী থৌশিন অচুদি তুং কোটব য়ায়োই অমদি লৈবাক্তা অপুনবা মাংন-নবা শিনবা ওইগনি।

(৬) লম্বী থোং, বিজলী শক্তিনচিব খুৎশাগী থবক্তা য়ুম্ফম ওইবা মচাকশিং নিংথিনা শেমগৎপা অসিসু ষ্টেট অসিগী অরাংপা অচৌবা অমনি। খুদম ওইনা ভারত পুম্নমক্কী চাংচত্তা কিঃ মিঃ ১০০ খুদিংগী লম্বীগী অশাংবা কিঃ মিঃ ৬৯ লৈবদা মনিপুরগীদি কিঃ মিঃ ১০ তমক লৈ। বীজলী শক্তি শিজিন্নবগী চহি অমা ওইবা চাংনা ভারত পুম্নমক্কী চাংচত্তা মী খুদংগী পুংদা কিলো'বাৎ ২৯ ওইবদা মনি-পুরগীনা ৭ ওনি। অতোপ্পা রাকম অমনা থবদ' শেমগৎনিংবা মচাক-শিং অসি শিজিন্নরগা পায়থৎপা য়াবা খুৎশাগী থবক কয়া মতম চংনা পায়থৎলিদবা অসিনি। মহুনা তাকপব, বীজলী শক্তি লৈত্রি হায়রুবা খুৎশাগী থবক মতম চংনা শেমগৎকদবা নোংমদসু লোই-রোইদবশিং কয়া শেমগৎহৌদবা, হৌজিক্তা লোক্তাক প্রোজেক্টকী বীজলী শক্তি লাকদবা মমি তয়রুবা মতমদা, খুৎশাগী থবক কয়া শেমগৎহৌদবনা মরম ওইহুনা বীজলী শক্তিগী দরকার অহুক য়াম্না লৈত্তে হায়রুনা ষ্টেট অসিগী শেমগৎ শাগৎপদা শিজিন্নরম্বা য়াবা বীজলী শক্তি অয়াম্বা অরাং নোংপোক লমদমগী মফম অতৈদা পুথিবা, মনিপুরনা অময়া কাহুনা লৈহৌবা ফনাগী থৌশিন্নো?



# মীতোপকী বা — অতৈ বা থরস্থ

এস: কৃষ্ণমোহন সিং

মীতোপকী বাকম থন্নবগী মরিদা মণিপুরী জাতিগী অপুনবা শক্তম্ (identity) অমা থংজিন্বগী মথৌ তাই। মনিপুরদা লৈরিবা মীশিংগী মনুংদা হৌজিক্ হৌজিক্তা মন্নাং হাইনা থংনরিবা কাংবু, নেপালীশিং অমস্থুং মিজোশিং — মখোই অসিদি মখোই মশানস্থু মনিপুরী হাইনা কৌজনিংদবা কাংবুনি - মখোইসি নত্তবা অতৈ কাংবুশিংবা পুম্ন মনিপুরী জাতিগী অপুন্বা শক্তম্ ওই। মিজোশিংগী মরম্দা শেংদোকদবা অমনা মথে ইন। মনিপুরগী লমদা চংশিল্লক্লুবা লৈবিরগা মখোইনা চংশিল্লক্লুবা তারিবা মনিপুরগী লম্থু মিজোরাম্দা পুন্গৎবনি হাইনা বাবেপ তাবা তাক্লিবা অমস্থুং মচুগীদমক্ হোৎনরিবা কাংবুনি। অদুনা মিজোশিংদি মনিপুরী জাতিগী অপুন্বা শক্তম্দা চনবা য়াদবা মশানস্থু য়াওজনিংদবা কাংবুনি ।

মীতোপ্কী বাসি থন্নরক্পদা অমস্থুং থবক চথরক্পদা মনিপুরী জাতিগী অপুন্বা শক্তম অসিগী মরী চেৎশিল্লনবা, থাজনবা মুংশিনবা হেনগৎনবা বাথল মিৎয়েংগা লোইননা চংশিন্গদবনি । ঈগী অমদি থর্ম্মগী কাংলুপ-নাইবা বাথল, বাঙাং অমস্থং থবক্ কদৌ-ঙৈদস্থু তৌরোইদবনি । মীতোপ্কী মরম্দা হৌজিক থবক পাই-থৎলিবা ছাত্র নহারোলশিংদা থুংঙাইতবা বাকম অমা নিংশিংনিংই । মচুদি মুসলিম্ ষ্টুডেন্টস্ ইউনিয়ন, নাগা ষ্টুডেন্টস্ ফেদরেসন্,

## মীরৈবাক মচাগী বাকম

জেলেরোং ষ্টুডেন্টস্ এসোসিয়েসন্ হাইবগুম্বা (মমিংশিংসি মুমা থংবে, লাম্লম্বা মাট) কম্যুনেল ওইবা সংস্থানশিং থোরকপসিনা তাক্‌পদি মনিপুরী জাতিগী অপ্‌নবা শক্তম্ চুংশিন্নবা বাংলি হাইবা ওাক্‌ই। অমুম্বা মচেৎ মচেৎ তাবনা মপুম্‌গী মপাঙ্গলম্ বাংকনি অহুপা মচেৎ মচেৎকী মপাঙ্গল্‌মা অমুক হেন্না শোন্‌গনি হাইবসি অমম্ অমম্ থংনবা কৈ। মসি কোক্লনবা বাথল্‌সু থবক্‌সু নহা-য়োলশিংনা পাইথংকদবনি।

তৌজিক্ মীতোপ্‌কী বা খন্নসি। মীতোপ্ মথল্ অনিনি অমনা ভারত-মচা নত্তবা অতোপ্পা মীরৈবাকী মচাশিং; অমনা ভারত মনুংগী ষ্টেট অতৈদগী লাক্‌পা ভারত মচাশিং। অহান্‌বগী মীরৈ-বাক্ মচাশিংসি মখোইনা ভারতকী সিটীজেনসিপ্ ফংদবা মী ওই-রবদি মখোইবু তাম্থোক্‌কম্ থোক্‌পত্থ মশানা তারে। অহান্‌বগী মীতোপ্ কাংবুসিগী মনুং চল্লিবনা বঙ্গলা দেশকী মীশিং অমসুং নেপালদগী নেপালীশিং আসনি। বাঙ্গলা দেশকী মীনা হৌজিক্ জিরিবামদা কাংলুপ্ খাইদোক্লবদা থ্বাইদগী মশিং য়াম্বা কাংলুপ ওইরে, অহুনা গো বেক্ মনিপুরীজ (Go back Manipurees) মনিপুরীশিং চংশ্রো হাইনা চে থেংলে হাইনা খবরদা কোংবিমহুনি। মনিপুর গভর্নমেন্টকী মমিং পাংহন্নবা মনা তাহন্নবা এজেন্সি অমত্তা নৈতম্মাল্লে থন্‌বদা মম্মি। নেপালীশিংগী মমম্‌দদি থাইনা মনি-পুরদ নিংথৌ পাল্লিরৈদা মনিপুর সিটিজেন্‌সিপ ফংহৌরবা নেপালী-শিং অমসুং ভারতকী সিটীজেন্‌সিপ ফংলবা নেপালীশিং নত্তনা অতৈ নেপালীশিংদি মথকী অহানবা মীরৈবাক্ মচাগী কাংলুপ্তা চন্‌-কম থোকই। অহুনা মখোইবু তাম্থোক্‌কম্ থোক্‌ই। বাঙ্গালা দেশকী মীশিংগী মীশক্ লেপ্পা অমসুং তাম্থোক্‌পগী অকক্লবা চহিদি ইংশোক ১৯৭২না ওইবদা মনিপুরগীদি থোইনা কাইরোই হাইনা

নিংই। মরমদি জিরিবাম্‌দা বাঙ্গালা দেশকী মী য়াম্না শাথিনা হেন্‌গৎলক্‌পসি ১৯৭২কী মতুংদগীনি। মরম অমনা শোক ১৯৭২গী অহুমাইদা বাঙ্গলা দেশদগী চেল্লক্‌পা মনিপুরীশিং থর মনিপুরদা লৈহন্‌খি। মেপালৈশিংশীদি চহিগী বা লোইবা চ দমাল্লে নিংই। অদুবু মীমুংশিগী বাথলদগী চহি অসি কঁউবাদ যেংবিসি হাইবা য়াই।

অনিশুবা মথল্‌গী মীতোপ্‌ হাইবদি ভারত মচা ষ্টেট অতৈ দগী লাক্কনা মনিপুরগা লৈরবিংশিং ওাম্মোক্‌পদি আইম্না য়াদে অদুবু মনিপুরগী মীশিংনদি মথোই অসি হেন্না লাক্‌শিন্দুনা মথোইগী মীশিং হেন্‌গৎহনবা পামদে মনিপুর মচাশিংগী য়াথল অসি চুম্মি হাইনা মনিপুরদা লৈরিবা ভারত মচা মীতোপ্‌শিংনা বুদ্ধি তানা থংবিবা কৈ। পিক্‌প্রব লৈবাক অসিদা মপানগী মীয়াম হাইজিল-লক্কনা লৈবাক্‌ অসিগী আর্থিক অবস্থা অমসুং সমাজিক অবস্থাদা শাথিবা চৈক্ত লাক্কনা লৈব ক কা'থোং চাংয়রবদি মহুদা মথোইসু মনিপুরীশিংসু পুল্লপ্‌ বাথিরবা মশানা তারবনি হাইবসি থম্মবিদুনা নহারোলশিংগী ঈহৌ অসিবু অকবা মিৎয়েং লোম্‌দা য়েংবিবা কৈ। ভারত সরকার অমসুং ভারতকী মকম্‌ অতৈগী মীশিংনসু আসামদা শিল্লোংদা, ত্রিপুরাদা থোক্‌ইবা থৌদোকশিংদু মতুংদা মনিপুরদা শাথিনা থোক্কনবা মনিপুরগী নহারোলশিংনা হায়া পন্‌ ওাকচবান হাইবা অকবা মিৎয়েংদা কৌবিবা চুম্মি। অদুগা নহারোলশিংনা কদৌনৈদসু হিংসাগী থবক্‌ তৌরোইদবনি। নরিংজেন নথৌনা লৈরিবা মথোই নহারোল্‌না হিংসা অমসুং মিনম্‌ শোবিবা শিজিন্নবা হৌনদে।

ভারত মচা মীতোপশিংগী মশিং হেনগত্তনবগী মরিদা ইন্নর লাইন্‌ পার্মিট সিষ্টেম অমুক্‌ হৌদোকপা তাত্রা হাইবগী থম্ম-নিঙাই ওই। অদুবু শেম-চাবা হৈনবনা অয়াম্বা ওইরবা মনিপুর

# মীরৈবাক মচাগী রাকম

গভর্ণমেন্টকী অফিসারশিংদা শেন্ চাতম্গী অনৌবা লম্বী পিরিবা ওইনা খোকক্রা থংদে, মখোইদদি লৈবাক মাঙ্গে মাংজৌ, জাতি মুংকে মুংচৌ শেন্ চাহৌরগা লোটরে। মতাং অসিদা বাকৈ ওইরবা নচারোলশিংবা শেন্ চংবা হাইবা মনিপুরগী শাসন্ অমসুং মনিপুর সমাজবু ভম্থিনা 'থাংহল্লক্ইবা হু অসি ফুক্তোক্লবা অমসুং কল্লা হোৎনবা চুম্মি। মসি হেক্ লৈরিমদৈ লৈবাকী ওইনমু প্রজা মী-চম্ অমগী ওইনস্তু অফবা অচুম্বা অমতা ফংবা ঙম্মোইদবনি। নৈন-রিবা রাকম্দা হল্লক্পদা ইন্নর লাইন পার্মিট সিষ্টেমা হয়েং মতুংদা অমুক্ মপাঙল্ রাংলকপা লাক্পদা মতেং ওইনবা লবী অতৈসু থিবা তাই। লৈবাক্ অসিগী ইণ্ডস্ট্রী চাওখৎনবা রেল্ ফাওহন্বগী দরকার ওই মরম্দি অহোংবা ট্রান্সপোর্ট রাওদনা ইণ্ডস্ট্রি অচৌবা অমতা লিংবা য়াস্লোই। রেল্ ফাওরক্লবদি ইন্নর লাইন্ পার্মিট সিষ্টেম্ অমু এডমিনিষ্ট্রেসন্দা অরুবা অমা ওইরক্লে। সিষ্টেম্ অসিগী মতেং ওইননবা ভারত্তা আমেরিকাদা তৌবগুম্না ডবল্ সিটিজেন্সিপ হাইবদি ইণ্ডিয়ান্ ইউনিয়নগী সিটিজেন্সিপ্ অমা অমুগা ষ্টেট ষ্টেটকী তোঙান্বা সিটিজেন্সিপ্ অমা লৈহনবা তান্বা ফৈ। ষ্টেট অতৈনা য়াত্রবম্ মীশিং য়াম্জদবা অমাং নোংপোকী ষ্টেট মচাশিংগী চীফ মিনিষ্টরশিংনা মুন্না খন্নরগা ষ্টেট মচাশিং অসিদা হন্দক্ মরক্ ইরাং ময়াম অসি মতুংদা খোক্লনবা ডবল্ সিটিজেন্-সিপ্ অসি থম্লনবা তৌবিয়ু হাইনা প্রাইম মিনিষ্টরদা থবক্ ওইনবা ঙাংনবা কৈ। ষ্টেটকী সিটিজেন্ ওইদবনা ষ্টেট অমুগী রাজনীতি অমসুং অর্থনীতিগী লমদা মীচুগী থরা মহাম্ ভাহনবা! অমুগা ষ্টেট অমুগী মীশিংগী অপুনবা শক্তম (identity) ঙাক্লবা শিনবা য়াই।

মতাংদি নত্রে হাইবরু মহারোলশিংনা য়াম্না থবাই য়াওশিন্বা মান্বা রাকম্ অমগা পন্নিংই। মীতৈ ময়েক্ হাইবমুগী থানি।

# মীরৈবাক মচাগী থাকম

নহারোল থবনা মসিগী ময়েক অসিনা হৌজিক শিজিন্নরিবা ময়েক-শিংবু শিন্‌জিন্‌বা পাম্মি। মসিগী মরমদা ঐনা টহান হেক হান্‌বদা হাইখিবা মনিপুরী জাতিগী অপুনবা থাখল কাইদনবা যেংট লাইবক্তু নিংশিংবা তারক্‌ই। চাংগী ইচিন ইনাওশিংনা পাম্‌। পামদবরা মূম্না খংলগা থবক তৌ। অছু নত্তনা মী'ত ময়েক্‌ চৎলগদবনি হাইহুনা কোক নমশিল্লুরগা কয়স্বা কৈনিংচিং লাকদগে হাইবা থবক্‌ তৌত্রিদ্রৈদা মূম্না থল্‌হৌবা কৈ। মনিপুরি লোম্না ওফিসিয়েল্‌ লেঙ্গোইজ ওইবদা চাংগী ইচিন ইনাওশিংনা মাবিরক্‌পসি মাম্না লাইবক ফবনি। হৌজিক্তি মনিপুরি লোল্‌ মনিপুরদা তাবিবা মী পুম্নমক্কী লোল্‌ ওইবে ময়েক্তসু পুম্নমক্‌ অসিগী থদোংচাবা মাই-কৈদা য়েঙ্গদবনি, ঐখোই অমগী মখোই অমগী ইমৎ-কাজংকী বা লৈতে। ঐখোইনা হৌজিক হৌজিক শিজিন্নরবসু মনিপুরগী থাই-মগী (মীতৈগীর', লুরাংগীরা, খুমনগীরা খংদে) অরিবা ময়েক অমা লৈরম্মি, লাইরিক ইনরম্মী, মাতুগী লাইরিক্‌ মাম্মা লৈ হাইবসি কনানসু ক্‌কপা ঙম্মরোইদবা খংনবরা থাকম্মি।

মীতোপ্‌ কেজিল্লক্কনবগীদমক অবাংলোম্‌দা মথারোম্‌দা অমম্মং নোংচুপলোমদা চেক পোষ্টশিং মতিক চানা মখৌ খংবা মীনা থবক্‌ পুহন্নুনা থম্‌দবা য়াত্রবনি। মসিগী অথুবসি মনিপুর গভর্নমেন্টনা থবক্‌ খোক্না থংবিব কৈ। নহারোললিংগী য়াইফবা তাইবং মপুনা পিনসম্নু।

# মনিপুরনা ভারত্তা তিনখিবা — মীরৈবাক মচাগী বাকম
## (অশঙ্বা বাবোং)

বাই: মহেন্দ্র

**মহৌশাগী লৈবাক মনিপুরঃ**

মনিপুর অসী য়াম্না লিররবা লৈবাক্নী। লম-তুগী অমম্বুং ইনাংকী মশক য়েংলুবগা মসি ইণ্ডিয়াগী মনুংদা লৈ। ৎলিররবা লৈবাক অসীগা ইণ্ডিয়াগা মরী লৈনরকপা অসী য়েহেল্লোইদগীনি।

**নীং-থা তম্বা মাংখিবাঃ**

মনিপুরগী ইতিহাসতা মীরৈবাক মচাশিংনা লান ভারকপা অসি ৮শুবা শতাব্দীদা পোং হায়না খংনবা মাওশান হায়বা মীওই কাংলুপতুনা ইহান হান্না হৌখি। পোংসিংসীনা মনিপুর অসী চহী তরা (১০) খুত্থুম চন্দুবা থম্লমই। অমুখা মনিপুর অসি মাওশান (পোং)গী লোই লম ওইখি। মীরৈবাক মচানা লান্দারকপদা মনিপুরিশিংনা খ্বাইদগী বাখিবদি পাংবি পুরীদগী য়েক্নবরুবা বর্মিজশিংনা (অবাশিংনা) শক ১৮১৯ দা লান্দারকপা অছুনি। মসিমু চহি তরেৎ খুন্তাকপা হায়না খংনৈ। বর্মিজশিংগী মতেং লৌরগা মারজিৎনা মমাম্বুং চৌরজিৎপু ভাম্থোকখি। নিংথৌ ওইরকুবা মতুংদা মারজিৎনা বর্মিজশিংগা মতেং পীনবগী মতাংদা য়ানখিবা বাকমশিং অছু থুগাইখি। মাবু লাম্নীগী তেংবাং পীরিবা বর্মিজ নীংথৌ অছুগী কম্বাল তোংবদা মারজিৎ চৎপা ওমখিদে। চৌরজিৎ য়ারোক্নবদা লাম্নীগী মতেং পীবগী য়াদবা বাকম অমা ওইনা পীথোকপ্রবা কবো

# মীরৈবাক মচাগী বাকম

তম্পাক অহুদা মারজিংনা অমুক হন্না খুং খিংজিন্নমই। ম্নানখিবা বাকম থুগায়রকপা অমদী কম্বাল তোংবদা চংহৌদবা অহুনা অশাওবা অমা ওই খিহুবা বর্মানা (অবানা) মনিপুরদা লান তাখি। মার-জিংনা কাছারদা চেনখ্রে অদুগা মনিপুরনা বর্মিজ শংগী মখুৎতা লৈহৌরে। অমুম্বা মনিপুরনা মাগী নীংতম্বা অদু পাবী পুরিদগী য়েক্লয়ক্লবা বর্মাগী মখুৎতা মাওখি।

মনিপুরনা বর্মাদগী নিঙ তমখিবা:

বর্মানা মনিপুর লৌশিনখিবা অসিনা সাহেবশিংগা বর্মীজশিংগা শোক্লখিবা লান অহুগী লংজিন অমা ওইখিরম্মী। লান তৌরিবৈ মমুংদা কাছারদা লৈরীবা মনিপুরগী নিংথৌ মচাশিংগা সাহেবশিংগী মরক্তা ম্নানবা অমা লাকখি। কাছারদা মনিপুরীশিংগী লাম্মী থুংপু অমা শেমখি। গম্ভীর সিংহনা লুচিংবা লাম্মী থুংপু অসিনা মনি-পুরদগী বর্মীজশিংবু তানথোকপা ঙমখি। ইংলো-বর্মীজ লানহুগী মতুংদা শক ১৮২৬কী "ট্রিটী ওফ য়ান্দাবু" না মনিপুরবু বর্মাদগী নিংতমহনখি।

ট্রিটী ওফ য়ান্দাবু (১৮২৬) না মনিপুরবু বর্মাদগী নীঙ তম লৈবাক অমা ওইহল্লবম্ম মসিমক্তা মনিপুরগা বৃটিশকা লৈনরম্বা মরী অহুবুনি হোংহন্নমদে। হায়রা ম্নানখিবা অহুনা মরম ওইদুনা মনিপুর অসি বৃটিশনা তাক শেনবীরম্মী। বৃটিশনা তাকপী শেনবী-বগী মথাদা লৈরীবা মনিপুরগী শকম অহুনা লৈবাক অসিগী লৈ-তাকপাশিংবু বৃটীশনা শকথঙবা হায়বদু ওইখি। চন্দ্রকৃত্তিনা পাল্লিবৈ মতমদা অসিগুম্বা মীখা তারা মঙং অদু মীয়ামদা কোংনা উথোকখি। মনিপুরগী লৈতাকপশিংবু বৃটিশনা শকথঙবসি মহারাজ বোধচন্দ্রগী মতম কাওবা লৈরম্মী।

## মীপান তাংবা মনিপুরগী শক্তম অহু হেক্তা মত্তুক লাইমথিবা:

গুরচন্দ্রগী মায়োক্তা মাগী মবাওনিপাশিংনা হৌখিবা' লান (১৮৯০) অহুনা মনিপুরগী মীপান তাংবা শক্তম অহু মীয়াংদা নৌ-হৌননা পুথোরকখি। মখোয়না শকথংহুনা তাক শেল্লিবা গুরচন্দ্রগী মায়োক্তা লান হৌবগীদমক লু চংবশিং অদুবু চৈরাক পীগে হায়হুনা বৃটীশশিংনা লেপখি টিকেন্দ্রজিৎপু চৈরাক পীবা ওইনা লৈবাক অসীদগী লোইথাগনি হায়না লেপ্পখি। বৃটিশকী য়াথং হকথেংননা পাণ্ডথোক্লু নবগীদমক থারকপ আসামগী চিফ কমীসনার মি: ক্যুইন-টনদা টিকেন্দ্রজীৎপু পুথোক্লুনা চংজহনবা মনিপুরগী দরবারদা য়াখিদে। মনিপুরীশিংনা মখোয়গী য়াথং ৱাক্লকবা অসিনা টি-কেন্দ্রজীৎপু বৃটীশশিংনা নমহুনা ফাননবা হোৎনবগী মরম ওইখি। মতাং অসি মনিপুরগা বৃটিশকা লান (১৮৯১) শোক্লবগী অহৌবনি।

লান অহু মনিপুরীশিংনা মায়থিরবা অমসুং চংজরবা মতমদা লোইশিনখি। বৃটীশশিংনা মনিপুরবু লৌশিনখিদে (annex তৌ-খিদে)। ষ্টেট অসিবু মনিপুরীশিংদা অমুক হন্না পীথোকখি (re-grant)। অদুগা মহারাজ চুড়াচান্দবু মনিপুরগী নিংথৌ ওইহনখি।

মনিপুরবু অমুক হন্না পীথোক্লবসু মশিমক্না লৈবাক অসিবু মীতয়না লৈহনবদি নত্তে। মতাং অসিবাইদদি মনিপুরগা বৃটীশশিংগা লৈনবা মরী অসি ভত তাংবা অমা য়াংথোকপা পাম্লমী। লৈবাক অসি কয়বা মওংদা মনিপুরীশিংদা পীথোকখিবগে হায়রবসি খঙজিন-বদা কায়গনি। ৱাকমশি অসিনা মনিপুরি অমত্তনা লৈপাক অসি (মনিপুর অসি) শোত্তরিন য়াইট লৈ (মনিং ভগা লৈবাক্লি) অমদি বৃটিশকী মপ্পা পোন্দে হায়বা ৱাকয় অসি কৈদৌঙুংদসু হায়বা য়াহল্ল-মোই। অনৌবা Sanad (য়াথং) অসিনা মনিপুরবু ভথেং-ভগেংবা

## মীরৈবাক মচাগী বাকম

মীখা পোননবগী কিভমদা লৈহল্লে। মনিপুরনা ফংজরিবা খুদোংচাবা পুন্নমক অসি ভারত সরকারগী চাননীবা-পেননীবগী মনুংদা লৈগনি।

বৃটিশকী মায়োক্তা মীয়ামগী ঈহোং

মনিপুরগী মীয়ামনা মীরৈবাক মচাগী লৈবাক চাক্লোনবু পেনলমদে। মরম অদুনা মনিপুরগী চাং অমমতুং তমদা মতম মতমগী ওইবা ঈহৌশিং মওং কয়াদা চথবা হৌরকখি। ঈহৌশিং অদুনা বৃটিশ অমসুং মহারাজদা অহোঙবা কয় নমদুনা পুহল্লকখি। মীয়ামগী ঈহৌ অদুনা পুরকখিবশিংগী মনুংদা মনিপুর স্টেট কন্সটিট্যুসন এক্ট, ১৯৪৭; মনিপুর স্টেট হিল পীপলস রিগুলেসন, ১৯৪৭; মনিপুর স্টেট কোর্টস এক্ট, ১৯৪৭ অসিনচিংবনি।

মনিপুরনা ইন্ডিয়াদা পুনশিন্নবা হেৎনখিবা দায়িত্ব লৈবা লৈবাক অমা পুরক্কবা মীয়াম্না রেস্পোন্সিবল গোবর্নমেন্টকীদমক্তা ঈহৌ চঙশিল্লকপা মতমদা নিংতম অন্দোলনগী অরে টবা শরুক শক্তি শিন্নবনচিংবা ভারতকী রাজনিতিগী শক্তমদা লাকখি। মনিপুর অসি দোমিনিয়ন ওফ ইন্ডিয়াদা পুনশিনগদরা নত্রগা পুন্সিল্লোইদ্রা হায়না থন্নরকপা মতমদা মনিপুরগী দরবারনা পুন্সিনবা শায়বশিদা য়াখি। মরম অসিনা দরবারনা হায়া টথোক্লবা পুনশিনবগী য়ানচে অমসুং মতুগী লোইনবা পোৎচংশিং অদুদা অয়াবা পীখি। ত্রিপুরাগী মী-হুৎ ওইনা ভারতকী কন্সটিটুয়েন্ট এসেমব্লীদা য়াওরিবা দিল্লিদা লৈরিবা শ্রীএস, কে, গুহবু ভারতকী তুংগী সংবিধান শেমদা য়াওনবা অমসুং মহুদা মনিপুর স্টেটকী মহুৎ শিন্দুনা সহি ভোনবা শিন্নখি। মসিগী মতুংইন্না মনিপুরগী মহারাজনা পুনশিনবগী য়ানচে অমসুং মতুগা লোইনবশিং অদুবু তাং ১১।৮।১৯৪৭তা থবক ওইনা লোই-শিনখি অমসুং মদুবু ইয়ার মেলনা ভারত সরকারগী মিনিস্ট্রী ওফ স্টেটকী এডভাইজর শ্রীভি, পি, মেননদা থাখি। পুনশিনবগী য়ানচে

# মীরৈবাক মচাগী রাকম

অহু মনিপুরগী মহারাজনা সেপ্টেম্বর তাং ২১, ১৯৪৯দা সহি তৌখি। মনিপুরনা ইণ্ডিয়ান ইউনিয়নদা য়াম্না ইংনা তপ্না পুনশিনখি হায়বসি তশেংনা উবে অমসুং মসি লম অসিগী জিওগ্রাফিকেল অমসুং কলচরেলগা ইরোইনবা ইতিহাসকি অকনবা ঈচেল অমনা কাওদুনা চেনখিবননি।

মীরৈবাক মচাগী রাকমঃ

মীরৈবাক মচাগী রাকম অসি মনিপুরনা ভারততা হেক তিনশিনখিবদগী লাকখি। মনিপুরনা ভারততা তিনশিন্দ্রীঙৈগী মমাংদা বৃটিশ ইণ্ডিয়াদগী অমসুং অতৈ অতোপ্পা নিংথৌ পানবা লৈবাকশিংদগী লাকপা মীওই মরবারী, পঞ্জাবী, বেঙ্গোলিনচিংবা মীওই কয়াবু মীরৈবাক মচানি হায়না মনিপুরনা লৌরম্মী। মনিপুর মেচবেলাইজেসন এক্ট, ১৯৪৭ অসি মনিপুরনা ভারত্তা পুনশিন্দ্রিঙৈদা পাস তৌরমই। এক্ট অসিনা মনিপুরদা লৈরম্বা মীরৈবাক মচাশিংবু মনিপুরগী সিটীজেন ওইহনবগী থুদোংচাবশিং অহু পিরমবা হোৎনরমই। ঐখোইনা মীরৈবাক মচানি হায়না লৌরম্বা মরবারী, পঞ্জাবী, বেঙ্গোলিনচিংবাশিংসি মনিপুরনা ভারত্তা পুনসিনখিবগী মতুংদদি ঐখোয় পুম্নমক ভারতকী সিটিজেন লোইনা ওইরে। মীরৈবাক মচাগী রাকম অসি মখানা তানা মরি লৈনবা এক্টশিং অমদি রুলসশিংগী মখাদা লাকচরে।

মীরৈবাক মচাগী রাকমদা মুন্না য়েংশিনবা পামজবদি মীরৈবাক মচাগী মশিং মনিপুরদা কয়ানো? অশেংবা মীরৈবাক মচা মনিপুরদা লৈরবদি করিগী সরকারনা মখোয়গী মথক্তা থবক পাইখৎতবনো মরমদি মীরৈবাক মচাদি আইনগী মতুংইন্না দণ্ড পিদুনা মহাক্তা লৈপাকতা অমুক থাজিনখিদবনি। করিগুম্বা মীরৈবাক মচাশিং লৈরবদি মখোয়গী মশিংনা ঐখোয়গী সমাজগী, খেল-থুমগী

# মীরৈবাক মচাগী ৱাকৎ

অমদি রাজনিতিগী ৱাফমদা কয়া য়াম্না কাইননবগী ঈথিল পিরবগে হায়বসিন্না য়েংবা তাবনি। মীরৈবাক মচাশিংনা ঈরৈপাকতা চংদুনা লৈরবদি ঐখোইগী যাম্না থুনোং থিনিংঙাই ওইরিবনি। ঐখোইগী লমদা মীরৈবাক মচাশিংনা খাবৈ খাবা শাদুনা ঐখোই মশেল অংগা অমগা মুংশিনদনবা, অমগা অমগা থৎন চৈননবা, হাৎন শুননবা তত্তনা হোৎনৈ। অদুনা মীরৈপাক মচাশিংবু মশক তাক্তুনা মখোয়বু মনিপুরদগী তাম্বোকখিনবা গোভর্মেন্টকা থৎশম্নদুনা চৎকদবনি।

অমরোমদম মীরৈবাক মচাগী ৱাকমদা ঐখোয়বু ওয় তৈনবা মাইকৈদা চিংখিদনবা চেকশিন্দবা য়াদে মীরৈবাক মচাশিংগা ভারতকী সিটিজেনশিংগা খেন্নবা অসি মীপুম থুদিংমক্না থংনবিবনি। মীরৈবাক মচাগী ৱাকমদা ভারতকী সিটিজেনশিংগী মরক্তা মুংশিন-দনবা খোকহন্দনবা ঐখোয়না হোৎনফম থোকই।

ভারত অমদি মনিপুরবু মুংশিদবা মীরৈপাকশিংগী মালেমগী ওইবা লাংদা থুদনবা ঐখোয় মশেল হোৎনবা তাবনি অমদি য়াম্না চেকশিনবা তাবনি।

মীরৈবাক মচাগী ৱাফম অসি ডিমোক্রেতিক ওইব মওংদা সরকার অমদি মীয়াম পুন্না চৎমিন্নদুনা লোইশিনগদবনি। সরকারনা তৌফম থোকপা মথৌদা মীয়াম য়াওশিন্দুতা পাংথোক্লবদি মীয়ামগী খ্বাইদগী য়াইফবনি।



# খন্ন-নৈনবদা শরুক য়াখিবশিংগী মাইকৈদগী মীরৈবাক মচাগী হাকম

প্রোঃ নিলকান্ত

Respected Presidium, Steering Committee গী Members, delegate শিং ইবুঙো ইবেম্মশিং পুন্নমক ঐহাক-মক্তী শক্তিক্তুং খরা শাংনা ঙাঙশিন্না হায়দুনা তৌরম্বনি অহুবূ মতম নৈত্রবানা মীৎচি মচুংফম্বদুং ঙাঙজগে। Point অমথক্তুং raise ঐ তৌজগে ঐখোয়না Psychology তম্বা কান্দা ঐখোয়গী সংক্ষেপগী Consciousness অসি শরুক নিপালগী মখুংদা তরেৎনা unconsciousness নী। Iceberg theory হায়দুনা সমুদ্রদা উন্না, উনগী চিংনা মূভ তৌবসি মতৌন খরা উবা অতুনা জহাজশিং অসিনা চেকশিনদ্রগদি সিপ রেক য়াম্না তোয়না তৌগনবা Psychology গীদি অতোপ্পা অমনি। Consciousness ফি শরুক্তু খক্তিক্তুনি unconscious না 7/8 নি হায়বগী য়াম্নি, শুম হায়না ঙসিগী খন্নরিবা বিষয় অসি ঐনা উজবদা য়াম্না ফজনা খন্নরে নৈনরে মসি ঈশিং মথক্তী মতোন খক্তিক্তুদনি হায়না লৌজে। য়াম্না সেরিয়সতি ওইবা মেটরনি অহুবু হৌজিক্কী ঐখোয়গী নৈরিবা সমাজসিগী মণিপুরিশিংগী নৈরিবা মহীং লাকহীং মসিগী বেকগ্রাউন মসিন্থু ঐখোয় মসিগী কনটেক্সতা ঐখোয় খন্নবসী চুম্মী হায়না খল্লি। ঐ মহুনা হায়-জবনি হৌজিক ইণ্ডিয়ান নেসন অতুগী ইণ্ডিয়ান সিটীজন য়াম্না ঙাঙনৈ অতুদা খরা ডিসটরবিং ওইবা কোইসন অমদি ঐখোয়না ওইরিবা ইণ্ডিয়ান মওইসীবু কয়াম্না ওইরবগে হায়বা, ভারত বাসী ঐখোয় কয়াম ওইরবগে হায়বা কোইসন অমা হংসি, খরা কুপন ঐখোয় নৈনবা তাবনি, ঐনা হংজরিবা কোইশন অসি খরা খীত্তংদি

# মীরৈবাক মচাগী রাক্ষম

মরিং মরাং থোকপা য়াই অত্থুগা য়াম্না খঙবীরম্মু য়াই মরমদি হৌজিক হৌজিক্কী ঐখোয়না লৈরিবা মনিপুরি সমাজ ঐখোয়না হিংলিবা মহৌশসি ঐখোয়গী সোভিনরগী পেপরদা য়াওবা ঐখোয়সী ভোলকেনো গী মথক্তা লৈবদৌনা ভৌই হায়বসি ঐখোয় কাওবা য়াদবনি। মসি dormant নি North Eastern India দা করি থোকগ্রে হায়বসি ময়াম্না লেযনা খঙনীরে মহু ঐ হায়জরোই। অহুনা লমদম সেংগী তোপ তোপ্পা Question থরা লৈ অহুনা ঐখোয় ষ্টেটকা, ঐখোয় ইণ্ডিয়ান ষ্টেট হায়রে মসি ভারত ইউনিয়নদা ঐখোয় য়াওরে চুম্মী মতমু হৌজিক question থরা raise তৌরক্লিবসি চহী ৩০, ১৯৪৯ দা য়াউখি হায়বসি চুম্বা হায়বসি অনৌবা historical question নি India না partition তৌবাসি অহুরাহদদা খঙলমদে হৌজিকসু ঐখোয়না তৌরিবাসি খঙদ্রেবনী থরা লৈরগা history না অমুক examine তৌবকখিনি অহু·। India Partition mistake নী হায়রি হৌজিক history গী assessment তৌরকপদা অদুনা ঐখোয়গীসু অহুঙুম্বা কাসীগী ওইবা ঐখোয়দা পোরকখিদৌরি অহুনা ঐখোয় মসিগী পাওথুমসি থরগু শেম শাবা তাবনি ঐখোয়না লৈরিবা মহীং লাকহীং তৌরিবা অহুগা Nationalism হায়বা Nation হায়বা পোৎসে মসি সেমিনার অমা অনিসু দেল্লীদা তৌবদা হায়জগ্রে it is not to be taken for granted এঃ হেক্তা মাদী হেক্তা Indian Nation নি য়ারে হায়হুনা তোকপা য়াদবা কয়াম কুইনা ওইরক্লবগে করম হায়না ওইহনগদবা মহুগী Nation অমগী অরা অনাগী শরুক য়ামিন্নবা কৈদৌবা মসিগী sense of psychological unity মসি লৈবা তাবনি শিগুম্বসি ঐখোয় North eastern India দা হন্দক থরা মদু Question তৌরকপনি অহুনা মসি করম হায়না ওইহনগদবগে হায়বহুসু

# মীরৈবাক মচাগী য়াক্ষ

অমনি অহুগা লৈরিত্রা লৈত্রত্রা হায়বা question সিমা ঐনা রেজ তৌজনিংই ঐনা খঙজবদদি ঐখোয়না হৌজিক লৈরিবা মহীং লাকহীং অহুদগী নহারোলগী ভৌরিক movement কাসী ঐখোয়না য়াম্না লায়না লোবা য়াবা নত্তে মসীম্ব অচোব কৈনো অমনি অহুগা মসি ঐখোয়না delay তৌবা য়াদে, লৈতে হায়বা য়াদে ইশম শম্না ঐখোয় মীরৈবাক মচাগী হায়রগম্ব তোকপা য়াদে মসিগা মবি লৈননা মসিদা connect তৌরগা ঐখোয়গী উনগী চৌঙজাও মনু'দা লৈবহুমাইনা লৈরি হায়বা মসি ঐখোয য়াম্না কুপ্না consider তৌবা খন্নবা তাব পোৎশক থরম্ব মসিদা য়াওরিবনী Nation অমা হায়বসি হেক্তা ওইরে হায়না লোবা য়াদে ঐখোয ভরত বাসি হায়না নমহুনা হায়রগম্ব ওইবা য়াদে ঙসিদম্ব পাও ত জৈ সুগুম্বগী সুন্নায়দা C.R.P. সিংনা তৌবদা নখোয় কনানো হাযবদা নোংমৈনা কৈনো তৌই হায় মৈতৈনি হাইবম্ব বেরা থাংই ভারত বাসিনী হায়রবদী চৎলো চৎলো হায়না খাদোবকই হায় ( clap ) অহুনা জাতীগী ভারত বাসী মওইসি ঐখোয় পামদে হায়বা অহুনা মসি করম হায়না ঐখোয় ভারত বাসিদি ওইবে হায়ববু করম হায়না তৌরিগে হায়বা লোমসিদা খন্নসি। ঐখোয়গী ঈমারোলসী চহি তরেৎ নীপান সাহিত্য একা-দেমীনা recognise তৌগ্রে য়াম্না রাবা ফংগ্রে Morarjee Desai না হায়রকই নখোয়গী লোন সীগুম্বা চনি লৈ কয়ানা তৌখৎলমই হৌজিক্তী থরমুক লোবীনী খোৎপীনী তারি Cons-titution গী 8th Sechdule দা করিদা সিকাম্নিনী treatment অহুদগী ইশম শম্বদা British কি মতমদা করিগীনো British কি সাসনবু লোইলম সাসননি হায়রিবসে JalinwalaBagh তগা চথখ্রিবা ওম্বোক্না unhuman ওইবা মীগী civilise Nation অমদা চৎলোইদবা অহু British না সুন্নাইদা তৌরবা India দা মখোয়গী লমদদি য়াম্না কৈ মখোয় ঐখোয় স্বাইবা

## মীরৈবাক মচাগী রাকম

লাকলগা তৌরবনি অম্মুমহাইনা মখোয়গি treatment অসি পেনকাত্তবা ঐখোয়গী psycological unity পুরকপদা মতেং ওইদবা পোৎশক থরা য়াওরিয়ে ঐখোয়গীম্মু লাংজিংগীদা ইশম শম্বা খুদমদা মসি ঐখোয়গী ইন্দিয়া আরমীনা after all মণি-পুরিম্মু ওইবা য়াই মনিপুরগী অমি নত্রগা করিগুম্বা পুলিসকি কাংবু অমনা করিগুম্বা তৌরম্লবদি অম্মা তৌরমলে'ই অঙ্গনা some India নি মখোয়স্মু ইণ্ডিয়াননি ইণ্ডিয়ান মশেলনি ইণ্ডিয়ান অমমা ইণ্ডিয়ান অমদা তৌবা treatment দা থেন্নবা কৈদৌবগী লৈদৌরিনো? অসিগুম্বা question থরা লাকই অদুগা মসি চেকশিনবা তাবনি অদুগা মসিগী চপ চানা খুম্বা তারগদি ঐ অচৌবা challenge অমনি হায়না লৌই। Central Government দা ঐখোয়না তৌবা challenge অমনি মসি মখোয়না থংনা য়াম্না statemenship য়াওনা হায়রিবশিংসি মখোয়না য়েংশিনবা তাবনি। অদুগী back-ground দনি তৌরিবা ইকোনোমিক থংদে অমা থংদে মদুগী য়েংশিনবীনবা কৈদৌবা কৈদৌবা য়াম্না লৈরি। তৌবদি নেসন অমনি ঐখোয়স্মু থাদোকপিরবা অদুগা বন্দি ওইনা নংসি ইণ্ডিয়ান নেসননি থাইদগী হেনবা হায়রগা অদু ও ক্রনা চৎনদে। ঐখোয় মশেল মুংশিবা চাগ্লবা কৈদৌবা Liberty, Equality fraternity হায়রিবা French Revolution দগী ঐখোয় ভাব তারে থংলে হৌজিক্তি নহারোলশিংনা হেন্না থংলে liberty কম্লিনো থংলে equality করিনো থংলে। অদুবু equal ওইরব social injustist য়ামমা থোক্লক্লিবা liberty মাংলকলবা অদু ওইরবদি তুমিন্না লৈবা য়াত্রবনি। অদুনা লেঙনবা অমা ওইরবম্মু ঐখোয় ইণ্ডিয়ান নেসননি হায়রবম্মু মনিপুরিশিংসি ঈন্দিয়াননি হায়বম্মু ঐখোয়দা তৌরিবা treatment অসিদা মখোয়গী Feeling দা ঐখোয়গী psycological কৈনো অসিদা response হায়রিবা equality হায়বা liberty হায়বা fraterenity

# মীরৈবাক মচাগী রাক্ষম

হায়বসি খরদি হেন্না create তৌনবা হোংনবা চুম্মে হায়না ঐ খল্লি। নত্রগদি ফনা য়াম্না নমথচুনা ফনা য়াম্না তৌচুনা মসিগী কৈনো অমা মাংলোই। Nation গা State গা হায়বসি মতম পুম্নমক্তা কৈনো নত্তে। Polish হায়বা নেসন অসি লান মন্নু'দা মচেৎ মচেৎ থোক্লা গ্রেট রারদা করিদা 1st world war, 2nd world war দা মচেৎ মচেৎ পুগাইখি অদুবু polish হায়বা নেসন অসি survive তৌখি আইরলেন্দ মসি ফনা য়াম্না কন্না হোংনৈ Great Britain না করিনা মসি লৌশিনগদবগী, মখোয় পুন্সি কাসি লম মচা মচানি, মখোয় wals নে কারনো ইংলেন্দনে তৌরিসে মখোয় অদুবু যাংনদে হৎমদি আইরলেন্দ চবা হেনবা Great Britain দা মখোয় মুত্থাইনা লৈথোকই হায়বা অদুনা Dr. Belera না হোম রুল অদু হৌজিক্তি ইতোপ ত্রোপ্পা করিনো অমা ওইংখ্রে। মসিগুম্বা History দগী য়েংলকপদা ওইরকপা য়াবা Question কয়া থোক্লকই। পাংগে পাম্মোই তোকউ Historical process অমনি। মসি ঐখোয় য়াওরক্তবনি। North Eastern India Assam গী হুংশিরবা লৈরি মসি ঐমকমু পনজগে। মতমমু সাংনা লৌজরোই। অসাপ্নিনা অমুক য়াম্ন মান্নরিবা অসিনা করিগীনো? ঐনা অসামদা ফনা কুইনা তমজরকই "ওমর অপনা দেশ" হায়বা ঈশৈ অমা লৈ। ইশৈ অসি হেক শকপা কান্দা মখোয় লোয়না লেপথৎলকই ছাত্র থংদে অমা থংদে Any meeting। জন গন মন মু লৈ অমগ্র লৈ "ওমর অপনা দেশ, ওমর চিকনি দেশ" হায়বসি হেক শকপা কান্দা চপ মান্নরা লেপথৎলকই। এঃ করিনো তৌরিবসিদি হায়না হংবা কান্দা ঐখোয়গী নেসনেল ছোংনি অদুনা আসামগীমু Sub-national হায়বাগুম্বা অমা লৈ। অদুনা মসিগী মমাবু হুংশিজবা আসামবু হুংশিজবা, মরোলবু হুংশিজবা কাসি ওম্মোক্লা য়াম্না develop তৌরবনি। অদুনা মনিপুরসি ঐনা ওক্লিবনি, তৌজিক ফাওবদা মনিপুরিশিংগীমু

## মীরৈবাক মচাগী রাফম

নেসনেল ছোং অমা লৈত্রিবসি করিগীনো ? ঐখোয় খরা খরা শকই নুঙাই, ইরৈবাক নিংবগী ফজবা ইশৈ মতুনি. ইশৈ লৈরি, অদুগা সনা-ইবেম্মা থীনোদিনিগী লৈ। ললিত সিংহনা ইবিরম্মি গাইনা তৌবা ইশৈসু লৈ। মসি ঐখোয় অমা ফাওবা খন-দোক্লগা ঐখোইগীসু ইশৈ অমংংদি ঐখোয় লেপ্পগসু ঐখোয়নসু বেবাহার তৌজবা য়াবা ককা হায়বা সিগুম্বগী রাফম অসি ঐহাক Anti Indian নি হায়না লৌদে। ঐখোয় ইশাবু য়াম্না খং-জরকপদা ঐখোয় খরা খিত্তং কৈনো তৌবদা মতেং ওইনা লৌজৈ। অসিগুম্বা ঐখোয়নসু মপান্দগী তমজনিংঙাই ওইবা তৌরকইব-সিগী ঐখোয় খরা খনফম পোকপা Central Government নসু In practical য়াম্না কুনা যে শিনফম থোকপা য়াবপোৎ খবা লৈ হায়না খল্লি। মসি মাংতন্দ্রনাদি ঐখোয় তিনবগী psychological unity বু Union নদি ঐখোয় পেন্দে Psychological unity পুরক্লবগী লম্বাদা ঐখোয় খরা চংশিনবা তায়, ঐখোয় রোমদগীসু তৌবা তায় Central Government দগীসু করিসু খরা do-minent পারটনর হ য়বা ত'রে ফনা হান্দুনসু ঐখোয় চেনবা য়াদ্রবনি অতুনা খরা ঐখোয় যোংবা তায হায়না খনজৈ। ঐখোয়না তৌরিবসিমক্তি ঐখোয়না য়াম্না চেকশনড্রগদি ঐনা খঙ্গবদা অয়াম্বনা হ য়রি আসামদা করিদা North Eastern India দা তৌরিবসি সিসেসনিষ্ট হায়বসি লৈতবা নত্তে লৈদি লৈ অতুবু ঐনা খঙ্গবদদি ঐখোয় পুম্নক্ক feeling সিসেসনিষ্ট সিমক্তৌ চপ চানা ওইদ্রিব্রা খল্লা। ঐখোয়দা লৈরিবদি parti-cularistic movement নি সিসেসন হায়রগদি Separatism নী ঐখোয় লৈমিন্নবা য়াদ্রে particularism হায়বদি ঐখোয় মৈতৈগী ওইবা মনিপুরদগী ওইবা ইনাৎ করি করি খুন্নাই ময়াম হায়নরি। মসি ঐখোয় কঙ্গবা পাম্বনী, অদুননী ঙাস forie-gner গী অদু অদু অদৈ challenge তৌরক্লিবা India Govt না য়াই হায়রগা ঐখোয়না য়াগদ্রা কা হায়রকবসী অচৌবা

disturbing Question নী। ঐখোয়গী জাতি মচা অসী ঐখোয় হিংজনবা হোৎনবদা অচুম্বা পোৎশক থরগী, অচুম্বা particularistic ওইবা movement মনিপুরি particularism হায়জনীংই, নাগা ইংগ্রাজ্জা রাহৈদা হায়রগনা তোপ তোপ্পা অনীসা য়াম্না নক্লে নক্লরগম্মু ঐখোনা particularism হায়বসিদদা ঐ মপাংগী মীওই পুম্নমক্না Central Govt তা ঐখোয় respect তৌফম থোকই হায়না খল্লী। মসিগী sense তা ঐখোয়না .তৌনিব. through movement য়াম য়াম থোক্লিবসে সিসেসনিষ্ট ওইনা লৌবিদনবা হায়জরি আসামগীসে কাণ্ডবু অমনা সিসেসনিষ্ট নী হায়না কাণ্ডবু অমনা আসামিন deny .তৌজ্জ অদুবু মখয় য়াই য়াদে হায়না তৌনরি। ঐখোয়গীসু লৈরিবা থরা extremicst ওইবা থরদি লৈ, লম্বী চৎলকপা কান্দ ঐনা অহু নএবা হায়বা নেতাজী ফাত্তবদা exis power গী help লৌরিবনী Japan দা করিদা চৎখোৎতুনা অরাইবা নত্তে। ঐখোয়গীসু শরুক থরদা অহুম লৈরিবনি অহুদা General ওইবা কমনগী ওইনা consciouness তা ঐখোয়তগা ওইবা কঞ্জনীংবা ঐখোয়তা ওইনা হিংনিংবা ভারত বাসি অমা ওইনসু য়াম্না চাওখৎকচনা contribution পীনিংবা অসে মসিগী particularistic ওইবা tendency সে মসিমদি respect তৌফম থোকহ খল্লি অদুগা মসি তৌদ্রগদি হেন্না শাথিবা মওং লাকপা য়াই। ঐ থরসি হায়জরগা সভাদগী বিদাই লৌজরগে।

**নৈনখিবসিগী রেকোর্ডিংদগী মপুম ওইনা লৌথোকুগা মথেল অমা ওইনা ফোংজবা।**

# নৈনখিবশিংনা

ইকোনোমিক এপ্রোচকী পাম্বে শিজিন্নবশিংনা প্রোঃ গাংগুমৈ ১দি ডাঃ নবকিশ্বরনি। লিগেল এপ্রোচতা রাঃ কুঃ ঝলজিৎ, ডবলিউ কুল্লবিধু, বি শ্যামকিশোর, অহম্মে নিলমনি না শরুক য়াখি। ত্রাইবুনেল অমনা তৌগদবনি তৌরোইদবনি হায়না খরা য়েৎনখি। রাজনিতিক ওইবা মীৎয়েং অমম্ভং পাদ্বে শিজিন্নদুনা আই তোম্পোক সিংহ ইকায় খুম্নরবা মন্ত্রী সভাপতিনা এসিমীলেসন থিওরি পুখৎলি। ঐখোয়ং প্রজানা মখোয়গী (ফোরেনর) লৈনীংহন্দনবা তৌগদবনি, লৈমিন্নবা নুংঙাইত্রবদি য়ুমথংনবা ফাওবা হোংই, হায়না মোৎ পি। প্রোঃ রাই মোহোননা ফোরেনর ইন্তরভেনসন্না গ্নোবেল ষ্ট্রেটিজিনা মপুং ওইবা মরম ওইনা পী অদুগা সংবিধাননা য়াবা লম্বী পাম্নখি প্রোঃ মৈজিলুংনা সোসিওলোজিষ্ট ১সুং জেনেসিস উৎনবা হোৎনৈ, ইকোনোমিক এক্সপ্রোইটেসন ১সুং ইথনিক আয়দেনটিটিগী ৱা কন্না পুখৎলি। মহারাজ কুমারি বিনোদিনি দেবীনা মশাবু হিউমেনিষ্ট অমা ওইনা মশক তাকপগা লোয়ননা মপানগী মনিপুরী (মৈতৈ) লাইরবশিংগী মীৎয়েং চিংশিনখি। তখেলম্বম তোম্বা, লমজিপ, কবুই, ১দি এম, এস, কুরেসীনা অমনবা আইন সংবিধান শেমদোক্লবা, সরকারসিগী ইকোনোমিক পোলিসি প্রোগ্রাম য়ৌমা লৈতববু কন্না পনখি।

নৈনবসীদা মীয়াম্না নুঙায়নবা ফাওনৈ অদুবু য়াম্না মরিক চুম্বা সোলুসন কয়াদি পুথোক্তুনা পান্নখিদে।

# ফোরেনর ইশু নৈনবদ

—ঙখেলম্বম তোম্ব

লায়না অসিনা শাথিরবনিনা নারিবা অসি করি লায়নানো ছায়বা ডাইয়াগ্নোস তৌবদা হকচাংগী পার্ট কয়াদ স্পিশিএলাইজ তৌরবা কয়ামুক্না লায়েংলগা ফম্মিন্নবা চঙই। লুরিবা অমদি য়েংবদ, লায়না-লাইশক তাকপদ শিজিন্নরিবা পাম্বৈ অহু কয়া য়াম্না সাইন্টিফিক ওইবগে হায়বসিনী। মেথোডোলোজিকেল প্রোব্লেমসংকী রাফম অসি থন্নবা য়াদবা লৈপাকুম লেম্না কোমথোক্না লৌবম্থ য়াদে।

ডিমোগ্রাফিক পোলিসি অমস্যুং ডিমোগ্রাফিক এপ্রোচ ভাবনা শাজিনবা য়াব নত্তে। লৈপাক অহুগী মোত্ত ওফ প্রডকসন অমস্যুং মহুগী লেভেল অহুদগী গ্রাউথ রেৎ লেপকদবনি। রসিয়াদা গ্রাউথ রেৎ য়াম্না হন্থরগা মনিপুরদ নত্রগা ভারত্তা করিগী রাংলিবনো হায়বসি মীয়াম ভাব তানদ্রি; তাহন্নবম্থ হোৎনদে। মরম অহুনা শেরান্নবা মীয়েং লাক্কনি।

ইথনিক আইডেনটিটিগী রাফম পুশিনবদি ভারতকী লৈংঙাকপশিংগী সাইন্টিফিক ওইব মওংদ নেসনেলিটি ক্বেসন সোলভ তৌদবা উৎচবনি। অমরোমদ কেপিটেলিষ্ট পাথ অহুগী শাফুনা নেসনেলিটি ক্বেসন অহু হম্থনা উৎখিবনি।

চানদব নৎ নমহুনা লৈশিনবগুম লিগেল এপ্রোচতা হিষ্টোরিসিজম অমস্যুং রিএলিজিম উবা ঙমনদ্রি। মনিপুরগী লো-কমিসন রিএলিজম অমস্যুং হিষ্টোরিসিজমদগী রাংম লাম্না লৈগ্রবনি। লৈপাকশিগী ইকোনোমিক, সোসিএল-কলচরেল রিএলিটি অহু উদনা ভাবনা শেম্বা আইন্নি।

# মীরৈবাক মচাগী রাজম

শোক ১৯৫০ দা পাস তৌখিবা সংবিধান হুক্তিক চৎনবা অঙকপনি। ১৯৫০ দা পোকপ মতমদা তুবা ফিরোল চহি ৩০ শুরবা ফাওবদ শেৎপ য়াদদনা অঙাওবগুম মতৎ-মতৎ শমদুনা ৪৫ রুক শুব ফোৎচিনবা, শেমদোকপ, তপথোকপ হায়না তৌদুনা লৈবাক্কী কৈথেলশিংদা হুয়শেল খোঙদুনা চৎলিবনি। পৃথিবীদা খ্বাইদগী চেনা য়াম্বা কনষ্টিট্যুসন ওইরিবনি।

ইন্দ্রষ্ট্রীজগী রা ঙাঙনরি। মদুসু পোলিসি অমা য়াৎপ নিংথিনা ঙমজদ্রি। ইকোনোমিক রিএলিটি অদু য়েংদুনা ইন্দ্রষ্ট্রিজ শেমগৎপ ঙমজদ্রি। থবক ফংদবদি হেনগৎলি মখোয়বু চুপশিন্নবা পাম্বৈসু লৈতে। থবক ফংদবশিংগী থাকসু নেম্মী। অদুনা এগ্রিকলচরেল সেক্তরদ কন্দুনা থম্নবা হোৎনরি। থবক ফংদবশিংবু চুম্না চুপশিন্নব হোৎনদ্রি।

থবক হাপ্পি; য়াম্না হাপ্পি—থবক শুদবা, পোথোক পুথোক্তবা তলব চাওনা চাবা ঙাক্তা। শেৎনা-চানবা চ দবা য়াদবা পোৎথোক পুথোকপশিংনা মপূক পায়দুনা খাঙডি। নন-প্রডক্তিব লেবরর,- রার্করগী লৈপাক্নী॥

ইথিকো-মোরেল প্রোব্লেম থল্লে-ফঙ্ লমচৎকী মরুম সরকারনা কোকহল্লি—মরমদি লুপা লিশিং ২০ গী অকাশবীল লৌরবনিনা লুনা অমা মীগী লেম্না লৈথোকপদ রাদে। হুমাঙ তানা শুরুরগা ঙসিদ খঙনব অমগী লুনা লৈবা ওইথোক্তে। করপসন, নেপোটিজম, ফেভোরাইটিজম্ন য়োৎথ্রবা সমাজনি। অকনবা অনাবা অসি কুমলায়নানি—মতাং-মতাংদ লায়ওং মখল-মখল, জাৎ জাৎ থোকই। লায়ওং কয়া লাক্কনি। ফোরেন্নর ইশু লাকই, চৎখিনি।

সমাজগী থৌদোক-রাথোক, লায়না কয়াসি ইকোনোমিগী মোত্ত ওফ প্রডকসনগী মথক্তা শাগৎপনি। শক্তম কয়া শাগৎপা য়াই। হিংচাবী মমায় উপ্পসু য়াই।

# মীরৈবাক মচাগী বাফম

হিষ্টোরিকেল এপ্রোচ পাম্বশিং অমদি হৈনজবশিংনা হিষ্টো-রিকেল রিএলিটি অমসুং নেসেসিটি অহুবু উগনি। পোথোক অপুম্বা কেপিটেলিষ্ট মার্কেৎ অমসুং প্রডক্তনা য়োংখ্রে। ইকোনোমিক লেভেলদ নেমজরিবা জগাশিংবু হিংনা পুম্বা য়োংখিবা অসি কেপিটেলিজমগী নেসনেল ইন্টিগ্রেসন মেথোডনি। মসিনা লৌমী শিংমী হাংকনি।

তোঙান তানিংলবস্থু চা থকপ, শেংপ ফংলোয়, কারবার ফংলোয়, অন্দোলন কুয়না তৌব য়ারোই । বাজার বন্দ কুয়না তৌরগা ইমা-ইবেল লোংমগী রা তাঞ্জবা কয়ামমিত্তগী মপী তায়; নন-ইনষ্টিট্যুসন ক্রেডিটনা মখোয়বু য়োংখি অমসুং বন্দী তঙ্খায় ওইখি।

ক্রে-ডিৎ, ইম্প্লোয়মেণ্ট, ইকোনোমিক পোলিসি লৈতে-লৈরবস্থু ভাবনা শাব মঙদ্রংনি। এসেমব্লীদ পোলিশিগী বা অমফাওবা ঙাঙনদে। লৈঙাকপশিংগী কোক অঙাং ওইরি। অসি গুম্বা লৈঙাকপগী অঙাং মকোকশিংনা মায়ব শাবশিদি মঙ থনগনি। ফোরেনর ইশু অবাং-নোংপোক লমগী ওইব, অসামদা হৌরগা মনিপুরদ এক্সপোর্ট তৌবদি কাঙবু অমগী মরি লৈননা ওরগা-নাইজ তৌব ফ্রুপ অমগী থবক্নি চিঙনহল্লি। মীৎ-না উইশিল্লগা য়নিংব হায়বদা পকলব লপাক্লি।

পৃথিবীগী কেপিটেলিজস্থু হৌখিবা চহিশিংদা মপাঙ্গল শোল্লি, হৈতে, নোংপোক ভারত্তা কেপিটেলিজম শাগৎপ হৈতে হায়না চেফোং কয়াদ করেম্নখ্রবনি; নোক্নখ্রবনি। হৌজিক্লা নমহুনা পোকহনবা ব্লেক মনীতনা থনব পুময়োৎ য়োংখ্রবা লম ওয়রে। নিয়ম চুম্বা শাগৎপগী থবক পায়খত্তবা অসিনস্থু অচৌবা মরম অমনি। গৃ গৃ তক্কুনা য়োংহৌদ্রবদি লৈপাক অসিগী মোরেল, মাঙহল্লবদি, ইকোনোমীদ মথা পোলহল্লবদি রিভোলুসন মায় পাকথিনি কিজে। চুম্বা শাগৎলুরবস্থু লৌমী শিংমীগী অন্দোলন

# মীরৈবাক মচাগী রাক্তম

মওং তানা চংশিল্লকপদি শোয়দ্রে। করি তৌগনি—ডিষ্টৈবিলাইজ তৌব নত্তনা পাম্বে লৈতে। করি অমুক হায়গনি মনিপুরদা ফি মিলিয়ন (মিটর) লাক্ষ ১৫ দরকার ওইবদ মিটর মিলিয়ন ৪ দমক শাজৈ মহুবু খুৎশুমন য়াম্না ফংবা ঙমদে। লোয়না য়োংখ্রে।

মীতোপ লোয়না ময়াং ফাওবা তানথ্রগা মান্নবা সমাজ পূরকপ ঙমগদ্রা? করিগুম্বা মীতোপ পুম্বা তানলবদি মীতৈ অমস্মুং চৌংমী ইনাকখুনবগা লায়রবগা নোংম যান্নগনি। হুকান মচা অমত্তং লৈজগে তৌবদা ময়াং মহাজন মপী, কেপিটেলিষ্টনা ঙমথ্রবদি ঐ ফংহৌরোই। কারবার তৌনরবদু মখোয়না মহেল্লি মসিগী খল্লুরবদি মীতোপ ওয়না বুজ্জুৱাশিংনা তান্নিংই। অদুম্মু মখোয়গী ইন্টরপ্রাইজ অদুদা অকায়ব লাকপ, ইকোনোমীগী মথা পোনবগী অকিবা লৈজৈ।

লৈপাক অসি কাংখোং চাইরে। অশেংবশিং অদু উব ঙম্নদ্রে। মপালগী খোযদৌ শাওগৎপ শক্তমশিং অমস্মুং অওং-অনৈত মউখ্রে। মীচং-য়াওদবা, সমাজ অসিবু চাওখৎনবা, অওনব য়াওন নত্ত্রগা লাংওন অমা লাক্লবা চুম্না থনবা ঙমদ্রি। মীয়াম চমন্নরি—অশেংবা উবা ঙম্নদ্রি। মসিনা তাকচবদি রিভো-লুসন্নরীশিংগী শক্তি শোল্লি হায়বনি। লেমজনিংঙাই ওইবা লৈপাক অমা ওইব ঙম্নব পাম্বে খঙনদ্রি।

লৈপাক অসিগী ইকোনোমী, হিষ্টরী অমস্মুং ফিলোসোফি মেটেরিএলিজমগী মীৎয়েংদ খঙব ঙমদ্রিবমখৈ অম্মুম তৌদুনা লৈখিগনি। তরুবা মুরুবা অসিদগী পড়া কয়া খংখিনি। ভাব তারকপ মতমদা কপ্পরকখিনি। তুংগী মীরোলগী শাপ ফংলকখিনি। রিভোলুসনদি লায়রদনা রিফোর্ম ফাওব তৌব নিংখিনা হৈজদ্রি।

ফোরেন্নর ইশু সমাজগী অশেংব শক্তম নৈনদনা শেমগৎ-শাগৎপগী থবক চংশিল্লবা, ঙহাক-ঙহাক্কী ওইব পৃথিবীগী নিও-কোলোনিএলিজম, ইম্পুরিএলিজম অমস্মুং কেপিটেলিজমগী অপাম্ব ফংনব হোৎনবদ থোকপনি।

# মীরৈবাক মচাগী ৱাফম নৈনবা

ডিঃ লনজিকপু কবুই

ঙসি মনিপুরগী নিংবা কায়রবা ছাত্রা নহারোলশিংনা থিঙেল তায়নদা নাশিখোং তায়নবগী লানজং অমা কন্না চৎথরি। মহুদি ময়াং তানবা। অহুগুম্বা জাতি বিজাতিগী ওইবা লানজং অমা ঙসি মনিপুরদা থোকলিবসি, চহি ৩২ মনিপুরদা সাশন তৌখিবা, মমা লৈপাকপু হুংশিবা ঙমদবা মশাগীদা খঙবা অহুগুম্বা সুভিধাবাদি মন্ত্রিশিং অমসুং অচাওরম কারবা অফিসার শিংগী সাশন মথাদগী লাকপা ইংহৌনি।

ঙসি ময়াং তানবগী ইহে অমা হৌরিবসি ছাত্র নহারোল-শিংনা বাখল মুন্না খন্থবীফম থোকই। মরমদি মনিপুরদা ময়াং ময়াম অমা খুন্দারিবসি। মখোয়না মনিপুরগী লম হুরান্দুনা খুন্দাখিবা নত্তে। হায়রিবা মনিপুরগী শক্তি পায়খিবা অচৌ-অশাংশিং অসিনা মশাগী সুভিধা য়েংহুনা খুন্দাহনখিবনি। অহুনা ঙসি ঐখোয়না তানগদবদি অহ্গুম্বা মরৈবাক নিংদ্রবা অচাওরম কাবা মন্ত্রি অমসুং অফিসারশিংবু তানগদবনি।

মনিপুরদা করিগীদমক ময়াং চংলকপনো? মনিপুরদা ময়াং শেঙ্গাও পায়বা ময়াম অমা চংলকইবসি মখোয়না লল্লোনরগা শেল তান্নবা চংলকখিবনি। অমসুং অয়াম্বা ময়াংদি, মনিপুরদা শিল্লাংবা লাকপা ময়াংনা অয়াম্বনি। অহুগুম্বা লল্লোন্দুনা মীওংপা লাকপা ময়াং মহাজনশিংদা মীওইবনা নোংমগী শিজিন্নদবা য়াদবা পোৎকী এজেন পীবীদ্রবদি অহুগুম্বা ময়াংশিং অহু মনি-পুরদা খরা শাংথনা লৈবিনবা নেক্রবম্ব লৈবিরোই। শোয়দনা লোয়নমক মরৈবাক্তা হনখিগনি।

## মীরৈবাক মচাগী থাক্কম

অদু ওইরবদি কনানা মনিপুরগী পোৎ চৈগী এজেন ওইবী-গনি? অদুগুম্বা মীওইবনা হিংবদা দরকার ওইরিবা পোৎ-চৈগী "হোল-সেন ট্রেড" মখৈ মনিপুর সরকারনা পায়শিল্লু। মতম অদুদা মনিপুরগী ৺ঙ্জা থুদিংনা অচাবা অরেপ্পা মমলদা লোয়নমক লৈবা ফঙনি। মরমদি ঙসি সরকারনা এজেন পায়রিবা লৌগী হার অসি মফম থুদিং মতম থুদিংদা মান্নবা মমলদা লৌমী ৺ঙ্জাশিংনা লৈবা ফংই।

মনিপুরদা করম্না ময়াঃ মশিং হেঙ্গৎথি? মনিপুরদা সাসন তৌ-খিবা মন্ত্রিশিংনা। মথুং-মথুত্তা শক্তি পায়রিঙৈদা মশাগী সুভিধা য়েংদুনা মরৈবাকী তুংগী চারোল-শুরোলগী থন্দনা মনিপুরদা ময়াং থর থর হাপচিল্লকপদগী ঙসিদি মনিপুরদা ময়াংনা থনখিদুনা পাথোক্কুনা হাপচিনফম লৈত্রে। অদুনা অসিগুম্বা মতম অসিদা অহেনবা পোৎ অসি মফম হোংদোকখিনবা ইরাং অসি পোক্লিবনি।

নিংবা কাইরবা ছাত্র নহারোলশিংনা করম্না থেংনবা তায়। পাম্বী অমবু শিহনগে হায়রবদি মনা কন্থবনা পাম্বী অদু শিরোই। পাম্বী অদুগী মরু ফুক্লগদা পাম্বা অদু কংগনি অদুনা ঙসি নিংবা কাইরিবসি কোক্কে হাযরিবদি অদুগুম্বা নিংবা কাইরিবা আইন অসি লৌথোক্লগা অনৌবা নিংবা কায়ররোইদোবা আইন অমা শিংবা তায়। অদুনা ঐখোয়না চংগদৌরিবা লাঞ্জং অসি সমাজ-বাদকী লম্বীদা লাক্নবা লাঞ্জং ওইগদবনি।

মনিপুর ভারততগী তোঙান্না লৈবা হুঙাইগদ্রা? মীওইবা হায়বসি ইথন্তা হিংবা য়াদবা জীবনি। অদুনা মতম পুম্নমক্তা পুন্না-পুন্না থুন্দাবা জীবনি। ঐখোয় ঙসি ভারততকী তোঙাল তারগা হেক্তা হুঙাইগদ্রা হায়বসি কনানসু পাওখুম চুম্না পীবা ঙমলোয়। মরমদি পাকিস্থান্দগী বাঙ্গালাদেশ তোঙান তাথ্রবনি অদুবু ঙসি তোঙান তাথ্রবা মতম অসিদা হান্নদগী খরা হেন্না মাগী পুঞ্জাশিং অন্নাবা থেংনরি হিরম থুদিংমক নিংখা তম্বা মাংখ্রে।

## মীরৈবাক মচাগী হাকম

ঐখোয়না তোঙাল তাত্রবস্থু ভারতকী রাজনিতি লম্বী অসি অচুম্বা মীনা মীবু ওৎতবা লম্বীদা চংশিনবা ওন্নবদি মী থুদি মক নিংথুংনা লৈজবা অমা ওইনা শান্তিদা হিংমিন্নবা ফংগনি।

হৌজিক্কী পৃথিবী অসিদা লম্বী অনি লৈরে। অনি অসিদা ঐখোয়না অমা খঞ্জবা য়াবগী অধিকার লৈ। লম্বী অনি অতুদি শেঞ্জাও পাযবগী অমা অতুগা মান্নবা সমাজগী লম্বী অমা। লম্বী অনি অসিগী মনুংদা ঐখোয়না পামলিবদি অতুগুম্বা মান্নবা সনাজ অতুনি। অরংবা মথে স্না নত্তে সমাজবাদ ফংনবনি হায়তুনস্থু লম্বী চুম্না চৎত্রবদি সমাজবাদ ফংবা ওইথোক্তে মরমদি ইম্ফাল-দগী উখ্রুল চৎকনি হায়রগা উখ্রুল লম্বীদদি চৎতনা মোরে লম্বীদা চৎতুনা লৈরবদি কৈদৌঙৈ উখ্রুল য়োগনি। মমিং মান্নরগা হেক্তা চুমগদবা নত্তে, অতুগুম্বা মান্নবা সমাজ অমা পুরক্কে হায়বদি ওসিমক পৃথিবীদা মান্নবা পুরক্তুনা চৎনরিবা লম্বী মাক্সিজম লেনিনিজমগী লম্বীদা চংবতনা অতুগুম্বা সমাজ অমা শোয়দনা ফংবা ওমগনি।

পাবিয়ু— নৈনবীয়ু—

এম পি পি য়ুথ ফ্রন্টকী

চেক্লোং

# বায়েন কাটি

# মীরৈবাকমচাগী ব্রাফম অমদি মীয়ামগী

## পেন্দ্রিবা কয়া কোকহনগে হায়রবদি :—

১। মীরৈবাকমচা (Foreigner) খন্দোকতুনা চৎহলখিনবা হোৎনগদবনি। Indian Constitution দা ময়েক শেংনা লৈজরবা ব্রাফম অসি ষ্টেট সরকারনা থবক ওইনা পাইখৎতবসি লাইবক থিবনি।

২। ইনর লাইন পার্মিট সিষ্টেম চৎহন্দুনা মীরৈবাকমচা অমদি অতৈ অতৈ ষ্টেটতগী লাকপা মীওইশিং চেক তৌগদবনি।

৩। ষ্টেট অসিগী চাওখৎ থৌরাংগী থবক কয়া Central Government না কাহেন্না খুৎ থিংজিল্লিবসি তোকতুনা মনিপুরদা রাজনীতী অমদি শেলথুমগী অহেনবা শক্তী (Autonomy) পীগদবনি।

৪। প্রজা মীয়ান্না শিজিন্নরিবা পোৎলম পুন্নমক শেঞ্জাও পাইবা মরু ওইনা মপান্দগী লাকপা মীওই কযানা এজেন্সি পাইশিন্দুনা প্রজা মীয়ামদা শুমত্নুনা চাবদগী মীয়ামগী থম্মোইদা পেন্দবা কয়া থোরকলি। শেঞ্জাও পাইবশিংনা পাইশিল্লিবা এজেন্সিশিং অসি সরকারনা খুদক্তা লৌশিন্দুনা, Civil Su ply Corporation শেমত্নুনা নহারোল থবক ফংদবা লিশিং কয়াবু থবক পীরগা, ষ্টেট শিনবা থুংনা কোওপরেটিভ কয়া হাংদোক্লুনা মীয়াম পাকশন্না পোৎচৈ ফংহননবা শিল্লবদি, শেঞ্জাও পাইবগী অওৎ অনৈস্থ কোকলগনি। লোইননা পোৎচৈ তাংবগী সমাস্যাস্থ কোকহনবা ঙমগনি।

৫। লেন্দ রিকোর্ম অমদি লেন্দ সিলিং তৌত্নুনা লম য়েনথোক্লবা খুদক্তা হোৎনবা অমদি সম্পত্তিগী চাং লেপনবা হোৎনত্নুনা ষ্টেট অসিগী চাওখৎ থৌরাংগীদমক্তা কাইরক্লিবা শেনয়াম অসি বিউরোক্রেট ওফিসার, থিকাদার, চোরাকারবাররালা শেঞ্জাও পাইবশিংগী খয়াৎতগী কন্ননবা হোৎনগদবনি :

৬। মরুওইনা ফম পুন্নমক্তা মতিকচাবা মনিপুরী মচা হেক লৈবগা মপানগী মীওইনা পাইরিবসি মহুৎ শিন্দোক্কদবনি। লোইশংশিংদা থবক তৌরিবা পুন্নমক 'মতৈলোন খংগদবনি। লোইননা মনিপুর লোন সংবিধানগী নিপালশুবা তাক্কক্তা য়াওহনবা।

মনিপুরী ওফিসিএল লেঙ্গোইজ এক্ট মপুং ফানা ইমপ্লিমেন্ট তৌদুনা লোইশং পুম্নমক্তা শিজিন্নবা য়াহনবা লোইননা। ত্রাইবেল দাই-লেক্তশিং চাওখৎহন্নবা থবকশু পায়খৎপা।

(৭) থবক পীবদা মুপীশিংগীদমক্তা ২৫% সিট রিজার্ব থম্বীবা।

(৮) টাউন প্লানিং অমদি রুরেল দিভেলপমেন্টকী থবক মওং তানা পায়খৎতুনা, ষ্টেট অসিগী মমল য়াম্নবা লম-মু কয়া অসি মওং তানা কন্দুনা থম্বীবা। মসিদগী নত্তনা মপানগী অমদি মনি-পুরগী শেন্নাও পায়বা মীওই থয়না শারেন-ভারেন্নবদা মচেৎ-মচেৎ য়োনথোকতুনা, মীওই থয়না শেন্দাল লগী ওইনা শিজিন্নরিবসি তোকহনবা।

(৯) প্লানিং য়াওদনা পীথোকখিবা লম লৌশিনবা অমদি প্পীবা থিংবা।

(১০) থবক তৌব্রিবা ইমুং অমদা মী অমা হায়া থবক হাপ্পা।

(১১) সরকারগী লোইশংশিংদা লোকেল প্রডকসন লৈন-লৈনা য়াম্না কা হেন্না মপানগী মমল য়াম্নবা পোৎ-চৈ কয়া লৈদুনা শি-জিন্নরিবসি তোকপা, য়ারিবমখৈ ইরম পোৎথোক শিজিন্নবা।

(১২) পঞ্চায়েট অমদি শ্মোল টাউন কমিটিশিংদা হেন্না শক্তি পীবা।

(১৩) ইম্ফাল মিউনিসিপালিটি বোর্ড অসি কোর্পোরেসন ওনথোকতুনা ইম্ফাল সহর মওং তানা শেমগৎনবা হোৎনবা।

(১৪) নৌমা লিংথৎলকলিবা মনিপুর ইউনিভর্সিটি অসি মওং চুম্না মপুং ফাহনবগা লোইন্নন, ইঞ্জিনিয়ারিং, ভেটিনরি, হোম সাইন্স, ফিসরি কলেজ অমদি ফিজিকেল এন্দ স্পোর্টস স্কুল লিং-থৎপা।

(১৫) ষ্টেট অসিদা বিজুলি ফংদবদগী কল-কারখানা অমত্তা লিংবা য়াদহুনা পোৎ পুম্নমক অতৈ ষ্টেটতগী শিজিন্নবা অসিনা ওসি

ভারতকী মনুংদা খাইদগী পোৎ-চৈ তাংবা ষ্টেট, মনিপুরনা ওইরি। মসি কোকহনবগীদমক বিজুলি শক্তি হেনগৎহনবা হোৎনবা, মসিগী-দমক লোক্তাক প্রোজেক্ট য়াম্না থুনা লোইশিনবা।

(১৬) ইম্ফাল সহরগী ময়াই চনুক্তা আসাম রাইফল খমজিনি-বসি হোংদোকপা। নোংপোকথোংনচিংবা শান্না মকম অসি প্রজা মীয়ামগী কাম্বা হিয়মদা পুশিল্লকপা।

(১৭) মনিপুর অসি বোর্দর ষ্টেট অমা ওইবনা অতোপ্পা লৈবাক্তা য়ুমলোন্নবদগী মীরৈবাকমচা কয়া চংশিল্লক্লিবসি থিংনবা মথং চুন্না বোর্দর পিল তৌবা।

(১৮) ছাত্রশিংগী পুল্সি মাংদনবা পরিক্ষা থাবা য়াহনবীবা।

(১৯) লাইরিক হৈবা থবক ফংদ্রিবা নহারোলশিংদা অন-ইমপ্লোইমেন্ট এলাওয়েন্স পিবা অমদি শুবা-নোম্বা ঙমদ্রবা মহল ওইরবা প্রজা মীয়ামদা সরকারনা ওল এজ পেন্সিল পীবা।

মথক্তী থোৗরম থরসিগা লোইননা লৈবাক অসিগী শু-নোম-লিবা, মশিং য়াম্বা ক্যাংবুগী স্বার্থদা থবক কয়া পাংথৎলিবা সর-কার অমনা-মীয়ামদা অওৎ-অরৈ, শেল্লা-থুমজা অমদি শেল্লাও পায়বশিংগী লৈজাকলোনলোমদা চৎথদুনা প্রজা লাক্ক কয়াবু পং-থহন্দুনা, শুমত্নুনা চারিবা উত্তাংবী কা'বু অসি লোইশিনহনদুনা চাক-থুং-কীথুং মাননা হিংমিন্নবা সমাজ অমা শেমগৎনবা হোৎনবদা চাওখৎপা পামবা অশেংবা রিভোলুসনবু থাজবা শক্তি কয়ানা পুনহনা লৈবাক অসিদা অহোংবা অমা পুরক্কবা হোৎনরশি।

লোইরবা।

